# শেঙ্গাও যাত্রা

অনুসন্ধা শক্কক



—এম: প্রেমানন্দ

# শেঙ্গাও যাত্রা

## অহুমশুবা শরুক



মোইরাংথেম প্রেমানন্দ

থোংজবা :
এম : [illegible]ানন্দ ( অইবা )
ককচিং বাজার, মোইরাংথেম লৈকাই, ( মণিপুর )।

কোপী মশীং— ৭০০,

সেপ্টেম্বর ১৯৯৫ ইং

মমল লুপা ২৫·০০

ফংফম থোকপা পুন্নমক অইবগীনি।

লাইরিক ফংফম :
১। মোইরাংথেম চাওবা
ককচিং বাজার।

২। গীতা গ্লোরী
ককচিং বাজার।

নম্ফম :
দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেস,
ককচিং : মণিপুর।

# অহৈবগী ৱাহোল

মথক্তা ফোংজখিবা লাইরিকশিংদা ৱাহৈ কয়া ইজখ্রে। শেঙ্গাও যাত্রা অহুমশুবা শরুক অসিমদি ফোংদোকপা ওমজদহুনা মতম শাংনা ১৯৮৪ দগী ১৯৯৫ ফাওবা চহি ১১ চুপ্পা ফোংবা ওমজদহুনা লৈরকখি। মহু ইশাগী কন্দিসন ফত্তবগীনি। ইং ১৯৯৫ এপ্রিলদা ইশাগী অহৈবা শেঙ্গাও যাত্রা অনিশুবা শরুককী লাইরিক ১০০ ইডুকেসন এস্‌না লৌবীখি। মহুগী বিল লুপা ৬৩০ নি। শেলফমসি শোয়দনা ফংলগনি নিংহুনা ইচিল-ইনাও, মরুপ-মপাং কয়াদা ৱারী শাজবদা ফরে অহন্না য়ান্না পামলিবা শেঙ্গাও যাত্রা অহুমশুবা শরুক ফোংলসি ঐখোয়না অওহা চে, পৈশা পাংগে হায়না থৌনা হাপ্লীবদগী পাংথোক্লগে নিংবদা ইশা নাহুনা হৌগৎপা ওমজ্রে। ইশা অসি লাইরিক ফোংলম্বা ওম্‌রোইদৌরিব্রা হায়বগী চিংনবা পোক্লে। ইশাগী শেল লুপা ৩০০ দি লৈ, অনাবগী হিদাক লৈৰগী আশা লৈতে। নোংমা ঐনা লিলা প্রেসকী প্রোপাইটর ইনাও যুগেশ্বর কৌহল্লগা চে রিম অমগা, স্কুপ অহুগা পীখ্রে। আগষ্ট তাং ১ দগী লাইরিক নম্বা হৌশি হায়নহুনা ইশা অসি ওমদ-ওমদা রিক্লো তোংহুনা চৎলগা তাং ১ দগী লাইরিক নম্বা হৌখি। ঐগী লাইরিক নম্বগী অৱাবা মিত্তা পী তাবা উরহুনা ময়াংলম্বম ওৌবনা লুপা ২০০ পীবিরে, অৱাৎপা লুপা ৫০ ঐনা হাপ্তনা চে রিম অমগা থাজিল্লে। ইশা চথোকপা খর খর ওম্মহুনা হায়জরুবদা ইনাও এমঃ চাওবনা চে রিম অমা, এমঃ সুশিলকুমার M.P.S. না চে রিম অমা, এক্সঃ এমঃ এলঃ এঃ নিমাই না চে রিম অমা, এমঃ ডিঃ বীরমঙ্গলনা চে রিম অমা, ইনাও নিংথেমজাওনা চে রিম অমা পীবিহুনা লাইরিক অসি লোইশনবা ওমজখি। লাইরিক অসিগীদমক চে অমদি শেলগী মতেং পাংবীরকপা খুদিংমক পুনশিগী কাওজরোই।

ঐহাক্না লাইরিক অসিগী মরমদা রাহৈ খরদং ইবীনবগীদমক হায়জক্রুবদা ইনাও ইবুংঙো সুশিলকুমার M.P.S. না হরাও-হরাও য়াবীদুনা ফজরবা রাহৈ-রাতা কয়া ইবীরকপগীদমক মতম চুপ্পদা কাওজরোই। ঐনা চহি তরা হেন্না লাইরিক অসিগী শক্তম লাংলিবা অহল অসিগী রারী-রাখোং হংজক্রুবদা তাকপীরকপা মশীং থিঙমদ্রবা ওঝা-গুরুশিংবু পুনশি চুপ্পা কাওজরোই। অসি নত্তবা শেলগী মতেং পীবিরকপা মরুপ-মপাং, ওঝাশিং পুন্নমক ইকাই খুম্নবগা লোইননা কোভরগী চেন্না অমদা মশক তাকচরি। অরোইবদা লিলা প্রেসকী প্রোপাইটর ইনাও ইবুংঙো যুগেশ্বরনা মশাগী অকোম-অচিন কয়া হুন্দোক্নুনা থবাই য়াওনা হোৎনবীদুনা ইশাগী লাইরিক ককচিংগী খরদংগা লাইরিক মরিবু মতম চানা চানা পী ববা অমদি ষ্টাপকী ইচাশিংগী থবাই য়াওবা অতুবু পুনশিগী কাওঙমদ্রবা লমন তোল্লে হায়না লৌজরি।

—এমঃ প্রেমানন্দ

# ৱাহৈ অহানবা

ওসিদগী চহি ১৫৩ মুকী মমাংদা (শোক ১৮৪২/শকাব্দ ১৭৬৪) ককচিংদা পোকখিবা থাইগী ইবুধৌ "শেঙ্গাও যাত্রা" গী মরমদা কুপ্পা মুম্না থিজিন-হুমজিনবীহনা লিশাংশিংনা ইবীরকপা, মোইরাংথেম প্রেমানন্দগী লাইরিকশিং পারকপদা— লৈবাক অমগী, জাতি অমগী থোইদোক্লা মণিপুরগী ইতিহাসতা থংনবীখিদ্রবা মকওইবা থৌদোক রাথোক কয়া, থোওহনা তুং কোয়না শীংথানবীখিদ্রবা শরুাইরবা মীওই কয়াগা পুন্সিগী বারীবু নৌহৌননা নিংশিংহন্দুনা, সমাজগী চিথহৌরবা ইতিহাসকী মরমদা (Unwritten History) হেক্না মুম্না থংজিন-থিজিনমিংবগী অপাম্বা অমমতুং তঙাইফদবা রাথলগী ঈথিল অমা থাম্মারদা ফাওহল্লি।

শ্রীযুৎ মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্ত ক্তা মণিপুরগী চাং অমসুং তমগী অপুনবা যাত্রা (মুক্তা যাত্রা) ওইনা শকথংবীখ্রবা, জিলা দশনাথ চংডৈদা লৈবাক নিংথৌ কমলগী দমক্র থরায় খুবাক্তা হাপ্তুনা অওম্বা মায়রোং য়াখ্রবা, অসিদম্ভ মগুনা শ্রীযুৎ মহারাজ শূরচন্দ্র সিংহ, মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ অমসুং মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহগী সনা হাক্তক ফাওবদা সনা কোম্নদা ওঝা গুরু ওইনা থৌগলবীরকপা, শিদযাই-নাদয়াই থংলবা, মাইথরেল মিংথোল ফংখ্রবা, পাউনা ব্রজবাসী অমসুং চৌংলেন সনা অনিগী অথনরবা ওঝা-গুরু ওইবীরম্বা, ময়াংঅসম শেঙ্গাও যাত্রাগী মরমদা ফোংদোকপীবক্রিবা লাইরিকশিং অসিনা চিথহৌরবা ইতিহাসকী চেনা থরত ওইরবসু নৌহৌনা মেনশিনবীরগমি হায়জমিংই।

লোয়ননা হৌজিকী নহারোলশিংনা ইপা-নাং ইপু-নাংকী ওইবা থায়নদগী লোয়নরক্রবা হি-রাই লংইরা, মন্ত্র, থৌনা লিংজেল,

লায়না-লায়েং, হিকাপ্প-তত্তকাপ্প-কয়াগী মরমদা কুপ্না মুন্না থিজিন্দুনা নৈনহনিংবগী অপাম্বা অমম্বুং মতুবু য়োকখৎনবগী তঙাইফদবা (necessity for preservation of Old values) রাখল কয়া অইবনা "শেঙ্গাও যাত্রা" দা ফোংদোক্লি।

শেঙ্গাও যাত্রাগী মরমদা পারুবদা পুক্লিংদা হুংনিংবা রাকম তানিংবা পাউদম, খংনিংবা থৌদোকশিং অমদি খল্লকপা রাখল লোয়বা নাইদে। ঈশিং মম্লুংদা কা-হেম্না কুইনা লৈথোকপা, লাইগী রারী শান্নবা, মাংবা, নিংথৌনা নেৎপদা জহাজবু খুদোল অহুম নমথহনবা, শিরুরগা হিঙ্গৎলকপা, পুন্সিদা থেংনরুবা খুদিংবু মায় পাক্লা মায়রোং য়াবা ওম্বা ইবুধৌ "শেঙ্গাও যাত্রা" গী শক্তিশিংশিনা তাকপদি মহাক অসি ইনফেবিয়ান মেন (Infabian Man) গী lungs & heart পাল্লমগত্রা, Transcendental meditation হায়রদি হকচিন্না নুঙগী লাইনিং পরৈ চেৎপগী হৈনবী লৈরমগত্রা, মিত্রংগী অঙকপা শক্তি কয়ামুক লৈরমগত্রা হায়বসি মীয়াম্না শোয়দনা খংনিংগনি? মাগী মতমতুগী মহৈ-মশিংশিংসি চহি ৭/৮ তরা চংনা কোয়চৎ-চত্তনা, কোয়থি-থিতুনা কাথানচিংবা মফমশিংদগী তম্লকপগী রাকমম্তু য়াওরি। মসিনা তাকপদি মতমতুগী মণিপুরদা অসিগুম্বা অঙকপা মথলগী মহৈ-মশিং কয়ামুক পাক-শন্না লৈরমদবা নত্তে (We had a rich heritage) হায়বসিনি।

মতম কুইন্দগী লৈপুং-রারী ওইনা ককচিংগী মচি মচিদা শান্নজুনা লাকপা "শেঙ্গাও যাত্রাগী", "সিন্দবাদ জহাজী" গা মান্নবা মওংগী নিংশিং রারী কয়াবু মশাগী চহি ৭০ শুরবা অইবা ইয়াম্বা অসিনা অঙাং ওইনা মচি মচিদা তাহৌবদগী মথং-মথং খোমজিনবীরক্লনা অচুম-অরান নৈনবীরগা লাইরিক ওইনা মথং-মথং ইংশোক ১৯৮৩ দগী ফোংদোকপীরক্লি। অসিগুম্বা চিথহৌরগদবা সমাজগী ইতিহাসতা

চেনা খরত ওইরবসু মেনশিলহোৌদবা য়াদে হায়বা ফিরেপ্তা পুন্সি কথোক্লবা মোইরাংথেম প্রেমানন্দ ইয়াম্বা অসিগুম্বা অতৈ কয়া য়াম্না ঐথোয়গী ঙসিগী সমাজদা লৈরমখিগদ্রগে ?

ঙসিসু শেঙ্গাও যাত্রানা শীজিন্নরম্বা লাংঙথেলদগী পুরকখি হায়রিবা য়োৎশু-মুঙফাল অহু মহাক্না লৈরম্বা ইখোলদা লাওথুনা থমলি অদুগা "এমঃ শেঙ্গাও যাত্রা অমসুং এমঃ সুধির সিংহ Memorial Sheild" হায়না মমিং কৌবা Manipur blooms to beautify......... Po'o grooms to Glorify হায়না হক্লুনা থাবা ফুট ৭-৭" ৱাংবা, ফুট ৫ ৫" পাকপা চীংশু উনা শাবা, শিলচরদা জিরি দরবার চৎপদা শানর্নখিবা মণিপুরগী শগোল কাংজৈ অমদি বৃটিশশিংগী Polo অনিগী খেন্নবা উৎপা, হৌজিক ফাওবদা পৃথিবীগী খুাইদগী চাউবা Polo গী Sheild অমা All Manipur Polo Assn. দা কৎপীরক্লুনা লৈরি। মসি ১৯৯২ দা ককচিংগী শ্রীমতি পীশক দেবীনা শেঙ্গাও যাত্রাগী অমদি মহাক্নী লৈখিদ্রবা মপুরোইবা ৺সুধির সিংহগী নিংশিং খুদম ওইনা কৎপীখিবনি।

অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু মতম অমদা মণিপুরগী থা-মাইকৈদগী লৈবাক নিংথৌ কন্নবা হোৎনবদা চাওরবা মায়রোং য়াথ্রবা খুাইগী ইবুধৌ "শেঙ্গাও যাত্রা" গী নিংশিং খুদম হৌজিক্কী মীরোলনা লিংখৎপা তঙাইফদে।

*IMPHAL,*
*Dated 6th Sept. '95.*

***M. Shushilkumar Singh***
*M. P. S. (RETD.)*
*State Commissioner,*
*Bharat Scout & Guides.*
*MANIPUR.*

## মাওফম-তাকপা



——— —

# শেঙ্গাও যাত্রা

## অহুমশুবা শরুক

শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র সিংহ রাইথোদা ঙা চাবা

মৈদিঙ৺ নাওজিংলেন নোংত্রেন খোম্বা শ্রীযুৎ চন্দ্রকির্ত্তিনা মপুগী লৈরাং লৈকোন্দা তিনগ্রবদা, শকাব্দ ১৮০৮ দা চীংলেন লাম্বাবা মজা ইবুংঙো অহল শুরচন্দ্র সিংহনা মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওইহনা পানখি। শুরচন্দ্র সিংহ ইনিংথৌ সনা হাক্তক্তা খুরক খুরৌনবা খুং ফত্তবদা সেনাপতি ওইবগুম মনাও ইবুংঙো পাকাসনা হাক্তক্তা লৈবাক ইরাং থোক্তুনা রাথোক ওইবদগী নিংথৌ খুভম থাদোকখি। মৈত্রবাক্তা নিংথৌ হাংবা য়াদবনিনা মনাও ইবুংঙো যুবরাজ কুলচন্দ্র সিংহনা (মৈতৈ লৈবাক) মণিপুরগী নিংথৌ ওইহনা পাল্লি।

মৈদিঙ৺ শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র সিংহ সনা হাক্তক্তা নিংথৌ ওইবা ইকুই কুইদনা শকাব্দ ১৮১২ মেরা থাগী ১৩/১৪ নি পাবা নোংমাইজিং নিংথৌকাবা মুমিৎ নিনি রাইথৌ পাৎতা ঙা চাক্লা সনা খোং লেংই। খোংফম অতুদা শ্রীযুৎকী থৌগল তৌবদা য়াওবা, মনাই মশল কয়াগী মমুংদা নোংচুপ মাইকৈদগী খোংজাই ঙৌত্রাম কৌবা

অমা য়াওরি। খোংজাই ঙৌত্রাম অসি মাইবগী হিকাপ-তেনকাপ যাহু মহৈ য়াম্না হৈহনা শ্রীযুৎনা লোইন্দুনা মফম খুদিং পুরনি। ১৩ নি পাম্বা নোংমাইজিং মুমিৎকী অওনবা মুংথিন্দা, রাইথৌ চীরু খুনগী মরিং মেনাংবা মাগী মুপীগা লোইননা পান, মাইরেল য়োনগদবগী থৌবাল তম্না লাকই। মেনাংবনা রাইথৌ শোয়রিন্দা চৎপা অহু শ্রীযুৎকী মনাইশিংনা উরে। শ্রীযুৎকী মনাইশিং অহুগী মমুংদা মেনাংববু শক মুন্না খংবা য়াওহনা, মনাইশিংনা শ্রীযুৎতা হঙ্গৎচে। শ্রীযুৎ ইবুংঙো রাইথৌ শোই লৰ্ধীদা চৎলিবা মরিং অসি মেনাংবা হায়বা যাহু মন্ত্র য়াম্না হৈবদা মাংং চৎলিবা মাশক্নি। শ্রীযুৎ ইবুংঙোগী থৌগল য়াওজরিবা খোংজাই ঙৌত্রাম মাইবগা অনি অসি মহৈগা চা'য়েং অমতং তৌরবদি লৈবাক কুম্মৈ ওইনা মুঙাইবদা হায়নিঙাই লৈররোই।

মনাইশিংগী রাহৈ তারবদা শ্রীযুৎনা তাকপীরকই। অহু ওইরবদি মফম অসিদা মাবু কৌশিল্লকউ কুম্মৈহু পুথোক্লবা শিল্লশি। শ্রীযুৎ সনা য়াথং ফংলবদা মনাইশিংনা মরিং মেনাংববু কৌরকই। মেনাংবা লৈবাক্কী সেবা তৌজরবা লমচৎ ব্যবাহার খংবা মীশক্নি। মেনাংবা চংশিল্লক্লুনা শ্রীযুৎ সনা চরন্দা নোল্লুক্না ভক্তি কৎচে। শ্রীযুৎনা সনা য়াথং তাকপীরকই। ইপা মাইবা ঐহাক হৌজিক শ্রীগোবিন্দগী থৌজান্দগী মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরেদো। ইশা নহা ওইরিঙৈ অসিদা অথং অহৈ কয়া তাম্নহুনা থিজ হুমজহনা খংজিনহৌবা কানৈ। মরম অহুগীদমক ঐনা ইপা মাইববু কৌহষনি। হৌজিক ইপা মাইবদি কদায় চংকে লাকপনো ?

মেনাংবনা খুমজে, ঐগী ননাই ঐহাক্কী ইখোলদা থাজবা পান, মাইরেল থন্না থৌবাল খুন্দা য়োল্লুপে ছায়না লাকচবনি। মহু তাবদা শ্রীযুৎনা তাকপীরকই। নহাক্কী পান, মাইরেল্দু থৌবাল্দা য়োল্লুরগহু। ঐনা নংগী মমল মতিক চাবা পীহনা লৌরগনি ঙসিদি

থোবাল চৎপা তোক্লো। হুয়েং অসি ঐখোই ময়াম মক্ম অসিদা ঙা চাম্নগদৌরি। মতুদা ওঝা মাইবশু য়াওবীয়ু ঙসিদি য়ুম্নদা হল্লো। হুয়েং ঙন্তানা লাকউ হায়দুনা মাগী পান, মাইরেলগী মমল মতিক চানা পীবিহুনা মেনাংবা ময়ুমদা হলহনখ্রে। মতুংদা শ্রীযুৎ সনা পুক্লিংদা রাখল তৌহৌই। মনাইশিংগী রাখলগা ইরোইননা হুয়েং মুংথিন্দা মনুং শেনবদা য়াওরিবা ঙৌত্রাম মাইবনে, চৌরু খুনগী মেনাংবনে, খা মৈরম ককচিংদগী ওঝা শেঞ্জাও মাইবনে অহুম অসি মচৈগী চাংয়েং কুম্মৈ অমা তৌরগে হায়না খল্লে। মনাইশিং বা তান্নহুনা খুদক্তা মনাই অসি শগোল পাও থাহুনা শেঞ্জাও যাত্রা কৌহন্নবা থাখ্রে। মনাইশিং অহু শগোল য়াংনা থোহুনা ককচিং খুল য়োরে। শেঞ্জাও যাত্রা উনদুনা নিংথৌগী সনা য়াথং শুগাইনা তমখ্রে। শেঞ্জাও যাত্রা শ্রীযুৎকী সনা য়াথং লৈবাক তাবা য়াদবনা খুদক্তা শেম শাহুনা মশাগী শগোল তোংহুনা পুত্রস্নম চেক্লা গা লোয়ননা মথোয় মল্লি মুমিৎ মমত্রিঙৈদা শ্রীযুৎ সনা নাক্তা থুংলরে। ককচিংগী ওঝা শেঞ্জাও লাবপদা শ্রীযুৎ ইবুংঙো সনা পুক্লিং মুঙাইজৈ। মতম অসিদা শেঞ্জাও যাত্রাগী চহি ৪৮ শুবা মতমনি। অহিং অহু মপু মনাই রারী রাতাই শাম্নহুনা অহিং অহু পোথারে।

নোংঙাল্লে শ্রীযুৎ মনাইশিংনা রাইথৌ শোইরেন্দগী পেংবা থরারুচিংবা ফজ ফজবা হাওরগদবা ঙা কযা ময়ামদুগী চাবা ওক্লবা লৌরুহনা অঙনবা অয়ুক্তগী শেম শাবা হৌখ্রে। বামোন ২/৩ না থোং-থাকপগী থবক তৌখ্রে। থরনা চৌদগী লা থিনরুরে। শিনগদবা লাংগদবা পুম্নমক লোইখ্রে। অমরোমদা শ্রীযুৎ সনা য়াথং লৈবাক তাবা য়াদবনা চৌরু খুনগী মেনাংবা মাইবা শ্রীযুৎ সনা মাংদা থুংলরে। ঙসি মাইবা অহুম মহৈ চাংয়েং তৌগদৌরি হায়বা অসি রাইথৌ শোইগা নক্লবা খুন্নং কয়াদা পাও তানথি ময়ুম ময়ুমদা চাকঙন থোংহন্দুনা কুম্মৈ অহু য়েংনবা থোরাং তৌনৈ।

থরাই য়াওবা কয়াদি চাকঙন চাহুনা লাক্লবা থোরাং কাওবা লোইনরে। সোমদস্থ চাক লোইরহুনা চাকলুক থারহুনা শ্রীযুৎনা মকোক ক্ষমহুনা প্রসাদি ফংনরে। চাক চাবা লোইরহুনা ঙাইহাক ঙাইহাক পোথানরে। মনাক নকপা খুনশিংগী মী থুংনবা হৌরে। নুংথিলগী মতম ওইরে প্রজাময়াম য়েংহুনা শ্রীযুৎ সনা য়াথং তাকপীরকই। ময়াম পুম্নমক তাবীসি ঙসিসি নুংঙাইরবা তাঙ্গা অমনি হায়রসি। ঐনা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইজবা কুইন্দ্রিভৈ অসিগী হয়েং ইতিহাসতা ময়েক লানা লৈহৌনবা রাইথৌ পাত্তা মাইবা অহুমগী চাংয়েং অমা ঙসি পাংথোক্লবা শিঙ্গরি। মাইবা অহুম অহুদি নোংচুপ হারমদগী ঙৌত্রাম মাইবা, নোংপোক মাইকৈদগী চীরু খুনগী মেনাংবা, খা মৈরমদগী ময়াংলম্বম শেঙ্গাও মাইবা অহুম অসিগী মন্ত্র যান্থ মানা মানা হৈবা মহে কয়া পুথোক্লুনা মীয়ামদা উহমবা শিঙ্গরি। থোরম অসি হয়েং তুং ফাওবা রারীনহৌরসম্থ। ঐনা হায়জগদবা অমনা মাইবা মশেল য়েংনরক্লুনা নুংঙাইনদহুনা হিকাপ তেনকাপ তৌনহুনা ফত্তবা থৌওং অমতা উৎনবা য়ারোই। লৈবাক কুম্মৈ ওইনা নুংঙাইমবতা তৌগদবনি।

মতম অসি নুংথিল মতমগী নুংঙাইরবা তাঙ্গা ওইরে। থোরম অসি পাংথোক্লবা ঐগা থোংহৌ ওইনা লোইনরকপা ঙৌত্রাম মাইবনা য়ুম্থু হায়বহু থোক্লে অহুনা ঙৌত্রাম মাইবা নংনা হায়া নথৌ পাংথোকউ হায়না তাকপীরকই। সনা য়াথং মতুংইন্না ঙৌত্রাম মাইবা ময়াম মাংদা থোরকই। মীয়াম পুম্নমক ঙৌত্রাম মাইবনা তৌরক্লবা করিনো হায়হুনা মুম্না য়েংনহুনা লৈনখি। ঙৌত্রাম মাইবনা রাইথৌ শোইরিন লাম্থোক লানশিন তৌনবা থম্লিবা হি অহু অহোনবা মী য়াওদনা খোংবান থাংমদগী মন্ত্র শোন শোন্দুনা হি অহু পুরক্লুনা খোংবান অমদা থাংহল্লি। ময়াম অঙকপা ওইনা য়েংনৈ। মথংদা হি অহু মন্ত্র শোন শোন্দুনা হায়গী হি থাংকমদা

অমুক হন্না থাংই। মতুংদা ভৌত্রাম মাইবনা চাক থোংফমদগী মৈতাল খুজোক অমা লৌহনা মীয়াম মাংদা থমখি। মৈতাল অহুদা মন্ত্র শোনহনা মৈতালশিং অহু হুয়িংখোই লোইনা ওম্বোক্লুনা মীয়াম মাংদা পাইহল্লি। মীয়ামদা উংল্লবা মতুংদা মন্ত্র শোনহনা হান্নগী মৈতাল ওলহনখি। অমুক মীয়াম মাংদা থোক্লগা সধন তৌহনা মমিৎ উইশিনখি। ভৌত্রামগী হোন্দোরকপা শ্বর অহুদা মৈখু য়াওদবা মৈরী থোরক্লুনা মীয়ামদা মৈরী উহল্লি। মৈরী অহু অমুক হন্না চিংশিন্দুনা মৈরী অহু মাংহনখি। চৈ মতেক অমা শুল্লহনা মাংদা থমই। চ মতেক অহুদা মন্ত্র শোনহনা লিন ওলহল্লগা মাংদা কোইচৎ চৎহল্লি। অমুক মন্ত্র শোনহনা হান্নগী চৈতেক ওইখি। মতাং অহুদা ভৌত্রামগী থোরম লোইশিনখি। ভৌত্রামগী মহৈশিং অহুবু মীয়াম অঙকপা ওইনা য়েংনখি। ভৌত্রাম লৈবাক নিংথৌ খুরুমহনা মাগী ফমফমদা চংথ্রে।

শ্রীযুৎ ইরুংভোনা ভৌত্রামগী মথৌ লোইরবদা মেনাংবগী থোরম পাংথোক্লবা মনা য়াথং তাকপীরকই। মেনাংবা থোরক্লুনা লৈবাক নিংথৌবু মকোক নোন্না খুরুমজে। অহানবমক্তদা ভৌত্রামনা তৌথিবা ইরান হি অহু খোংবাল অমদগী খোংবাল অমরোমদা মন্ত্রগী শক্তিনা মী য়াওদনা লাম্থোক-লানশিন তৌবগী থোরম উংলি। চীংয়াদগী খোইজু খন্না লৌরুরগা খুত্তা নোইহনা মন্ত্র শোনহনা হুন্দোরকপদা খোইবা নিংথৌ ওইহন্দুনা মীদি চিকহন্দনা পাইহল্লি। মন্ত্র শোল্লগা খোইশিংহু কৌশিন্দুনা অমুক হন্না খোইজু ওইহনখি। মথংদা মেনাংবা মশানা পুজরকপা মরিংশিংগী তুংদা উকম হক্লুনা য়ানবা থাংজৌ অথোবা উদা কাহনা উশা শাননবা থাংজৌহু মীয়াম মমাংদা পুথোক্লগা মন্ত্র শোল্লগা কামই। থাংজৌ অহু মখুৎনা নানহনা পাযরগা থাংকোক থাংদোন পায়হনা মুকপন্না থাং অহু পৈয়া খেকতোক খেকচিন জোনা কোনহনা শান্নবগুম

অপেৎপা য়োংকুম্না উহল্লি। মহু লোইরগা রাইথৌ চৌংয়াদগী লৈকুপ থুজোক অমা লৌতুনা মীয়াম মাংদা চাইথোকই। লৈকুপশিং অহু মন্ত্র শোল্লগা ঙাইহাক্কী মনুংদা রাইহি হায়বা জীব অহু ওইহুনা কোইচৎ চৎলি। ঙাইহাক মীয়াম উহল্লবা তুংদা মন্ত্র অমা শোনহুনা হান্নগী লৈকুপ অহু ওইহল্লি। মথৌ খরা পাংথোক্লম্লগা মেনাংবা লৈবাক নিংথৌ থুরুমহুনা হান্নগী মফমদা চংখি।

শেঙ্গাও যাত্রা মশাগী পাল্লি তারহুনা মীয়াম মাংদা থোক্লুনা লৈবাক নিংথৌ থুরুমই। মমাং তৌখিবা মাইবা রাইথৌ খোংনুংদা থমলিবা হিবু মী য়াওদনা মন্ত্রগী শক্তিনা হি লাম্থোক-লানশিন তৌহনবা অহু শেঙ্গাও যাত্রাদদি অরুবা ওইনা থোক্কে। মরমদি মমাংগৈ কমেং থম্লাংবা হরাওডৈদা তাংখুল সিমরেনা মৈত্রবাক্কী মুক্লা যাত্রা লোইনা মুক্লা থাগ্রবদা অরোইবা ওইনা শেঙ্গাও যাত্রা কৌবগী কমেং চৎপদা থৌবাল তুরেল হি লাননবা মী কৌবা তাদ্রবদা মতম মাংখিনি খন্দুনা শেঙ্গাওনা হি কৌরেন শান্নহুনা হি কৌরগা লানথিবা অহু শেঙ্গাও যাত্রা অহানবা শরুক্তা য়াওগ্রবনি অহুবু মুমিৎ অহুদসু শেঙ্গাওসু হি লাম্থোক-লানশিন তৌবা অহু মীয়ামদা উৎখি। ঙৌত্রাম মাইবনা মন্ত্রগী শক্তিনা খর কামথোকপদা মৈখু য়াওদবা মৈরী পুথোকপা অহুসু শেঙ্গাও যাত্রা অনিশুবা শরুক্তী লাইঙ্জিং কোদার লায়েংবদা মন্ত্রগী শক্তিনা য়ুমলোন তরেৎ মৈ চাকহন্দুনা তেলহৈবা মরিং মাইববু তাম্থোকখি। মখোয় অনি হিকাপ তেনকাপ তৌনবদা তেলহৈবা মাইবা থরাই থাখি। অহুবু খোইদোক্তে মীয়াম মাংদা উহনখি। মেনাংবা মাইবনা খোইজুদগী খোইবী নিংথৌ ওলহনবা অহুসু শেঙ্গাও যাত্রা অহানবা শরুক্তা জিলা দরবার চৎপা খোংফমদা মনুগ্রামদা অহিং য়ারেকপদা কছার খোইবা মাইবনা মৈতৈ মচা অথং-অহে মাওত্রা হায়না চাং য়েং-লকপদা শেঙ্গাওনা খোইজুনা খোইবী নিংথৌ ওলহন্দুনা কছার

খোইববু অৱাবা পীখিবা অহুনি। অহুবু শেঙ্গাওনা ঐঙু ঙমই হায়বগুম মীয়াম মাংদা উহনখি। মথংদা শেঙ্গাওনা মীয়াম য়েংহনা হায়জরকই। মৈত্রবাক্কী ময়োম্দা লৈবা মীওইশিং নত্তনা অরাপ্পা খুঙ্গংদা লৈবা মীওই কয়াদি লাংফৈ চৎতুনা লৈত-লাইরগী থবক শুবনা অয়াম্বনি। খোংচৎ অহুনা কালেনগী শারবা মতমদা চীং মান ঈশিং ফংত্রবা মতম খোৱাংবনদি খাংবা ঙমনদ্রবা মতমদা অৱাংবদগী য়েংবদা অরাপ্পা মফমদা উশিং উবা ফংলবদি চৎলিবা খোংবু অহুগী অরাম খোৱাংবা অহু কোকপা য়াই। মহু মীযামদা ঐহাক উংচগে। হৌজিক ৱাইথৌ খোংলিন্দা চেল্লিবা ঈশিং অসি ঐহাক পুখৎচরকে ঈশিং হাপ্লবা পাত্র অমতা পীবিয়ু। মহু তাবদা শ্রীযুৎ মনাইশিংনা তেক অমা পুথোক্লে। শেঙ্গাও যাত্রানা ৱাইথৌ শোইরিন্দা চেল্লিবা ঈশিং য়েংহুনা মন্ত্র শোনহুনা, ধর্ম্ম শান্নরগা ঈশিং অহু ইরৈ লৈশিন্দুনা মতুম তারগা মন্ত্রগী শক্তিনা ঈশিং মতুম অহু পুহল্লক্রগা তেকচাও অহুগী মখুংদা হাপই। ঈশিং অহু য়ামখোকহন্দুনা তেক অহু মমাই চোন্না ঈশিং থমখি। মতুং অহুদা শেঙ্গাওনা ৱাইথৌ খোংবান্দগী লৈখোম পেক্লগা তারগা পক্লেং শানা খিল্লি। অতাবা লৈখোমশিং অহুদা মন্ত্র শোন্দুনা মৈ থান্দুনা ঙালহনবা মীয়ামদা উহল্লি। মীয়াম্না থাল্লিবা মৈদা য়েংনরিঙৈদা শেঙ্গাও যাত্রা মাংখোকখ্রে। ময়াম্না শেঙ্গাও উবা ফংখিদ্রে ইঙক ঙরুখি। শ্রীযুৎ ইবুংঙো কুলচন্দ্রদি খোইনা অঙকপা পোক্কে। মরমদি মপাবুং স্নাথ্যা লৈরিঙৈদা মঙ্গা ইবুংঙোশিং লোইনা শেঙ্গাও যাত্রাদা মন্ত্র, যন্ত্র মহৈ-মশিং তমহনখি। ওঝা শেঙ্গাওনা মাংবা ঙম্বগী মহৈ অসি লৌনবা ৱারী ৱাখোং কয়া লিবীবদা ঐখোই ইচিন-ইনাও অয়াম্বা কিহনা মন্ত্র অসি লৌবা ঙমদে। কিগন্দবা খোনা ঙবা ইনাও ইবুংঙো কোইরেংনা ধর্ম্ম অসি লৌহনা মাংবা পাইবা ঙমখি। অহুনা শেঙ্গাওনা ৱাইথৌ (চীঙ্গোল) শোইদা

মাংথোকখিবা অসি থোইনা ওক্তে। মতম খরা কুইরবদা শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা ওঝাবু কদাইদা লৈবনো অমুক থোকপীরকলো হায়না সনা য়াথং তাকপীরল্লবদা চীংয়া অহুদা হৌবা লখু লারাক অমঙগী শেঙ্গাও থৈরেংই ওইনা চোংথোরকই। লৈবাক্তা তাগা শেঙ্গাও ওইরকই। মতম অদুগী উহৌবা মীনা হায়বদা শেঙ্গাওনা চোংলম্বা লখু লারাক অদু নোংদে, হায়দে হায়নৈ। মুমিং অদুগা কুম্মেন্ত মতাং অহুদা লোইশিনখি। শ্রীযুংনা মখোইবা অহুমদা মনা মথুম নিংথিনা পীখি। শেঙ্গাও যাত্রাবু মাইবারেল মীংথোল পীবিখি।

---

# শেঙ্গাও মন্ত্রনা লুপা লৌবা

শকাব্দ ১৮১৩ দা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুড়াচান্দ সিংহনা চহি ৮ শুরকপদা মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওইরে। নিংথৌ ওইনা ওইনা বর সাহেবনা লৈবাক ভাবহৌরগা আজমীরদা চৎতুনা লাইরিক তমলুই। মৈত্রবাকী নিংথৌ অমা ওইনা খুঙ্গং খুদিং চৎতুনা লৈবাক য়ায়েল য়েংশিল্লি। পানখিবা নিংথৌরোল খুদিংনা ককচিং খুঞ্জাওবু য়াম্না লুনা থনবী। শ্রীযুৎ ইবুংঙোগী সনা হাক্তক অসিদদি ককচিং খুঞ্জাওদা লৈবা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজিউগী সেবাইত ওইবা গোটিময়ুম গোপাল শর্ম্মবু নিংথৌ লাইবক যুমদিম্নবা অচানবা মীশক অমা ওইরি মী অয়াম্বনা গোপাল শর্ম্মবু অনিশুবা নিংথৌনি ঙাংলে। হায়রিবা গোপাল শর্ম্ম অসি শেঙ্গাও যাত্রাদা ধর্ম্ম মন্ত্র কয়া মমুৎ তানা তমজে। শ্রীযুৎ ইবুংঙোনস্থ শেঙ্গাও যাত্রাগী হৌখিবা রারী কয়া তাবীখি। অহুনা শ্রীযুৎনা তিন্নবা য়াবা অহলনি খংনা তিন্নহুনা মরক মরক সনা কোম্মুংদা কৌখৎতুনা অহাও-অথুম কয়া পীজহুনা থমই। তম্বা য়াবা মহৈ-মশিং -কয়াস্থ তমজে।

নোংমা অয়ুক অমা শ্রীযুৎ ইবুংঙো শঙ্গাই মাঙ্গোলদা লেং-থোক্লুনা ফমই। থৌগললোই মনাইশিং খুম্নোং শেলুংবা, অমুজাও শেলুংবা ময়াম সনা থৌগল তৌহনা লৈ। মমুং থনবা থৌগম্নাই অমনা শ্রীযুৎতা হঙ্গৎচরকই। ঐজা ননাই ঐথোই ককচিংগী ওঝা শেঙ্গাও যাত্রাগী হৈবা-শিংবগী রারী কয়া তাজরে। ঐথোইনা ঙকইবদি ওঝাহুগী মমিংনা উথ্রবা, মনানা তাগ্রব', শেলগী মথোল ওঝাহুগী মন্ত্রগী শক্তিনা লাইনা লৌবা ঙমই হায়বৈ মসিবু অচুম্বা ওইরিগত্রা? মনাইশিংগী রা তাবদা শ্রীযুৎনা তাকনী। তানিংলে

য়াহু মী অমনা পায়রবা শেলবু হেক লৌবা ওয়রবদি থবক শুত্রবস্থ য়ারেদনা। ঐনা পায়রবা শেলদি মানা মহৈ ফনা তৌহনস্থ লৌবা ওমলোই। হংবু হুংশি মশা লৈখিবনি. ক্রৌরকউ? মনাই অমনা চেন্দুনা শেঙ্গাও কৌহনা লাক্লে। শেঙ্গাও সনা চরন্দা ভক্তি কংতুনা খুউ লৈতানা লৈক্লে। শেঙ্গাও উবদা শ্রীযুৎনা তাকপীরকই। ওঝা মাইবা ওঝাগী মুরাদা মহৈদা হৈ-শিংবা কয়া ঐহাক তারে। অতুগা মীনা পায়রবা শেলবু মীংনা উরবদি ওঝানা লৌবা ওমই হায়রবসি পেংনা হায়বীয়ু ঐহাক নিংথৌনি মীনমদনা হেক্তা হায়য়ু। ঐস্তা হুরান-চিনথিগী মওং নত্তনা মীয়াম মাংদা লুংঙাইনবা ওইনদি ওমজগনি। শেল অতু ঐহাক পায়ংগ ওঝা মাইবা শোইদনা ওন্নীগত্রা? কুপা লৈরবদি ওমজগনি ইনিংথৌ। তৌহুদা ওঝা মাইবা হোরেন ওমদবা থোক্লবদি মীমাংদা ইকাইনিদো। ওঝাস্থ নাপল্ল খরদি য়াওরেনা ইথৌ স্নাথ্যা নিংথৌরোল খরনা ঐগী শেঙ্গাও ; ঐগী শেঙ্গাও হায়বীবা অতুদা খরা মরাংলেনে। ঐ অসি কর-কত্রবস্থ নৈত্তৈ লৈবাক মণিপুরগী নিংথৌনি, পাখংবগী থারা শ্রীবিষ্ণু থাগোম্নরিবনি। হৌজিক ঐনা লোংলা শেলবু ওঝানা লৌয়া ওয়রবদি লৈরুম ডৌবোং অরাংবা অচৌবা অমা পীগনি। মনাইশিংদা কদাই কদাই শেল লুপা অমত্তা পীরকউ হায়হনা থুম্বোং শেঙ্গুংখনা চান্দি ময়েক অমা পীহনা শ্রীযুৎনা পায়রে। খুবাক তিংথোক্লুনা ওঝা, মাইবদা মুমা য়েংহৌরে। শেল অসিজি ঐনা লোংকদৌরিবনি হায়হুনা শেঙ্গাওবু য়েংহল্লে। ওঝা মাইবা স্নাথোং য়ৌনা চংলুথো ঐ শেল লোংলগে হায়হুনা শেঙ্গাও স্নাথোংলোমদা চংল্লে। শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা লুপা অহু য়েং-থংবা কপলাক মতুংদা চপ্পুনা থমল্লে। ওঝা মাইবা ঐহাক শেল লোংলে চংলকউ লাক্কও। সনা য়াথং মতুংইনা শেঙ্গাও চংলকই। শেঙ্গাওগী খুবাক মরাইদা লুপা অমা পায়হুনা শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা লোংলীবা শেলস্থ অজিদা

লৈরে হায়হুনা ময়াম মমাংদা উৎচরে। শ্রীযুৎ থাজদে মহু ওঝা মাইবনা পুরকপা ওইরিনি, ঐনা লোৎপা লুপাদি ঐডোন্দা লৈ, ঐ পুথোক্লকে হায়না শ্রীযুৎনা কপলাক্না য়েংসুবদা শেল লৈরমজে। কপলাক য়েংবদা শেল চল্লম্বগী মমিদি তারমই। শ্রীযুৎ থাজদহুনা ক্ষি কন্দুনা য়েংবদা শেল কংখত্রে। মহু উবদা শ্রীযুৎ অমদি য়েংলিবা মীমখে ওক্লখি। করে করে ওঝা মাইবা ঐহাক ওঝাগী গুণ খংলে। ইথৌশিংনা ওঝাবু থাগৎলম্বা থোইনা কাইদে। শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা পেল্লহুনা ঙৌবোং লৈরুম অরাংবা অমগা, মানা লোক্লবা লুপা অহুগা মনা ওইনা পীবিখ। শেঙ্গাও য়েংলগা ওঝা মসিগী ধর্ম্ম অসি মীঙোন্দা শঙ্গোকপীরমগনু মী পুম্নমক থবক শুনগ্নররোই।



## শেঙ্গাও কবোদা

য়েলহৌঙৈদগী হৌনা ইবুধৌ থঙ্গাংবগী কাংলুপশিং অমদি লোয়নরকপা ফুরুপশিং অসি য়োং-শুংবা, শাবগী থবক তৌরকই। য়োং থোকপা মক্তম থিজনা খুন্দাহনা খুল পাল্লকই। লৌউ-শিংউগী থৌরমদসু থরাই য়াওবা হোৎনৈ। অসুম্না নোংম নোংমগী মীশিং য়ামথৎলকপনা চাবা কোম্লদবা য়ুমথোং কয়াসু য়াওরকই। অদুগী মরমদি সরকারগী থজানানা পরিদা লুপা ৬ তগী তাদবা, কৌগী মমল-না শংবাই অমদা পৈশা ১২ দা পীবা, লুপাগী শংবাই মঙা তৌনৈ। থজানাগীদমক ফৌ শংবাই ৩০ তাইবা তাবা। অঙাং-মুবীগী ফিজেৎকীদমক ফৌ শংবাই ৩০ অমগা তাইবা তারকই। ইঙ্গাং-নাপীগীদা, থুম-থাওদা শংবাই ১০ গা চৎলবদি শংবাই ৭০ দগী তাদনা চৎলে। লৌ পরিদদি শংবাই ৮০ দা থোকই। মরম অহনা অয়াম্বনা লৌ লোকপা লোইবগা কবো অরা চৎতুনা থজানাগী অমদি ফিজেৎকী শেল তানবা চৎনরম্মী।

শেঙ্গাও যাত্রাগী ইমুং থোইনা চারাংথকপা বাৎপা ইমুং নত্তে। অদুবু শেঙ্গাওনা অমুক্তং কবো চৎপা পামই। মরমদি মতম অমগী সোমজুং খুলগী মেব্যা তজি অমুক্তং উনবা পামই। মঙোন্দা পুনশিগী পাৎশেল হাদবগী মনা ওইনা পীখিবা নাওয়োক পাৎকী ঙারা ঙ্গাতিন অচৌবশিং অদু অমুক্তং চানিংই। মখোইগী ওঝানা কবো চৎনিংবা অদু উবদা ওঝাবু ঐখোইসু ওঝাগী তুং ইল্লগে হায়হনা মী খুৎপু অমা ফাগ্রে। চৎনবা মুমিংসু তমগ্রে, শেঙ্গাও মঙ্গা থারগা মীশিং ১৫ গুরে। মঙ্গী মাগী মপোৎ ফি-য়োল মুমিং থরা চানবা চেং, কোল-লিক, থুম-মোরোক হাপ্পহনা থৌরাং তৌনরে।

ককচিং লমদমগী মীওইশিং অসি অমা লৈবাক কবোদা খোংবাই ওইবনা য়াম্না চৎনরমই। কবো চৎপদা শিথিবা মীওই কনা য়ামই। নাহুনা শিবা কয়া, কৈনা চাহুনা শিবা কয়া, শামুনা হাংহুনা শিবা কয়ান। অশিবশিং অহু ময়ুমদদি নাহুনা শিবনি হায়না লোইনা তমলে। অরোন-অথুপ পাও কয়া অসিনা মরম ওইহুনা ইনাক কৈরাক খুনবা মীওইগী মচা-মও ইরুজবীবদা অভাংবী শেগ্রাক পায়হুনা চোংহল্লি। মরোলদি ইমাগী ইবুংঙো চাওরো-শাংলো, থ্রামৎনা কারিঙৈ কাংহৌরো, থবানা বাংলিঙৈ বাংহৌরো, তিং-তিং চাওরো ইচানা হুয়েং চাওরগা খোঙ্গাং-লোনতে চৎহল্লোই, লৈবী-কাথা য়োইহল্লোই, কবো-অরা চৎহল্লোই চাওরো চাওরা ইমানা, তিং-তিং চাওরো হায়না শৈথানৈ। মসি শামুংকৈ মীওইবগী য়েক্লবা জীবশিংবু কিবদগীনি।

নুমিৎ অঋবা অমদা শেঙ্গাও মচা সেবকশিংগা কবো মাইকৈ খোংশাল্লক্লে। ককচিংদগী পল্লেল ফাওবা অকোকপা লম্বী চৎলি। পাল্লেলদগা নোংপোক পাংথিবদগীদি অশোংবা জঙ্গলদা চৎলি। লম্বী অসি চীংলোন মাপল লানগদবনি, অকুৎপা লোক্তা চাক চাগদবনি, চাক তোকপগা অমুক অবাংবা চীং কাগদবনি। অহুম্মা কাবা-কুম্বা চৎপনা চীংলোন মাপল লান্নবা লোইরগ, কবো তম্পাক তাই। চীংলোন মাপল লানবদগীদি কবো তম্পাক চৎপনা খুদোং-থিবা হেল্লি। উনা কুক কুক ইন্নমা হৌবা, অকুৎ-অতোং কয়ানি মহুদা কবো কৈজাও, শামু লমশা মশীং লাকওমদনা লৈ। মখোই-শিং অহু মীওইবগী য়েক্লবনি। কাংলুপ অহু অমুক অমদি তম্মু য়োরে, লোকচাও খোংবান্দা অয়ুক্কী চাক চারে, ওাইহাক পোথাহুনা লৈরে, অয়ুক-নুংথিল চুপ্পা চীংলোন লাম লম্বী অকা-অকুম লাক্লগী রাবা অমদি তুম্বা খরা বাংখিবনা পেক্থবা অহুদা খরা কুইনা তুমখোকখ্রে। তুম্নরবদি নুমিৎ তাল্লিঙৈদা সোমজু খুল খুপ্পাবনি।

তুম্ন্রবনিনা মতম থন্না থেংদোকপ্রে। ময়াম অতুনা কন্না চৎপদা য়াচংবা অমস্বা মতমদা থুংবগী মওংদা লৈরে। কাংলুপ অতু হোবে হোবে থৌরাং তৌরগা অমুক লাক্লে। উজাওদনা কুক কুক ইন্ননা হৌবা খুঞ্রবা অমনবা লমথুন অতুদা নোমজেন চেন্দুনা লাকই। লম্বী তঞ্চাই হেল্লবা নুমিৎ চীংয়া থাংলবা মতমনি। লমী ফাংদবা খুরবা মফম অতুদা মযামগী মাংদা শামু শঙ্গু অমা লৈরে। মী লাকই থংনা থংনা শামুশিং অতু করি অমত্তা নিংাইদনা লৈপ্রে।

অথং-অহৈনা অস্থুন্না হায়নৈ, জঙ্গলদা লৈবা শামু শল্লুপশিং অসি মাগী মাগী শল্লুপ পুবা অমমম, মথং খনবা অমমমস্থ য়াওনৈ। চৎথোক-চৎশিন তৌবদা শল্লুপ পুবনা মাং থারগা, মথং খনবনা তুংদা অতেনা ময়াইদা চৎলি। শামুনা মী হাৎলিবা অসি মশাগী কাংলুপ অতুদা ঋতু ওইবা শামু অমোম য়াওরবদি মাবু হাকন্নবদা কনাবুগু কিদে, মতম অতুদা অউবা মী হাৎলি হায়নৈ। হৌজিক থেংনরিবা শল্লুপ অসি মচুম তারবা শাথিরে হায়বা শল্লুপ অতুনি। খোংবু অতুগা শামুগা লম কুপ্ন্যামুক লাপ্লে। মীখোল তারগা চৎথোকখিনবা হায়হুনা উ-স্বা থিন্দুনা মীখোল তাহনবদা চৎখিবগী মহুত্তা ফৈনা লৈরম্বদগী মমাই লোইনা ওন্নশিল্লকই। য়েংবদা অক্তিবগী মশক ওইনা য়েংহুনা লৈপ্রে। তুংদা হন্দুনা চেনশি হায়রবস্থ তুংগী লম্বীনা শাংহোরে। উপাই লৈত্রহুনা মাগী মাগী খুংলাই থাং চেৎনা পায়নৈ। শেঙ্গাওনা হায়রকই, লৈবাক মচাশা ঐখোই চেনবদা থোইনা কান্নবা ফংলরোই। মতম অসি জঙ্গলদা লৈবা শামু মথৈ শঙ্গু শঙ্গু খোক্তনা লম্বীদা লৈবা মতমনি ঐখোইনা তুং হন্দুনা চেনখিবদা অসিগুম্বা শঙ্গু কয়া থেংনবস্ত ম্বাই। য়োগদবা সোমজুং খুলগু থোইনা লাপত্রে, মাই লৈরন্নশি হায়রুনা শেঙ্গাওনা মাং থাহনা খোংফম ৬/৫ চংশিন্দুনা য়েংই। শামুশিংহু হন্দে থোইন্দুম মাং খাবা শামু অতু অমৈ-মনা পুপচিন্দুনা মুন্না য়েংহুনা লৈথি।

ময়াম অহু ওঝাবু করম তৌসিগে ঐখোইকরি খোল্লগবা ? শেঙ্গাওনা লৈবাক মচাশা চেকশিল্লু, নখুৎ-নখুৎকী খুৎলাই চেৎনা পায়মু। ইবুধৌ থম্মাংবা লাইনিংথৌ ; ইরুম নিংথৌ চেৎনা নিংউ। শেঙ্গাও পাঙ্গল খোক্লবা মফি শেমলে। মাগী খুৎশু থাং অহু পায়হনা মনাক অতুদা হৌবা রাপালদগী মরিস ফুনবা খুৎপাই থুংবা রা অমা য়াল্লে। লম অহুম খরা হেল্লা শাংনা ককথৎলে। মচিন অহু নিংথিনা হুইদেম শানা তুমহল্লে। চেকশিন্না নম্বু-তা পাল্লবদৌনা পায়রে। মখুৎ অমনা থাং অহু পায়হনা মথমোইদা মবুংঙো ইরুম নিংথৌ, মবুধৌ থম্মাংবা অনিবু চেৎনা নিংজরে। মমিত্তি শামুদা মুন্না-য়েংলগা খর সাধন তৌহনা চেপয়াননা খোংফম শিংচিল্লি। শামুসু মনাতোন মমৈ থুপচিন্দুনা চোংশিনগদবগুম লৈখ্রে। শামুনা মমাই লৈত্রবসু শেঙ্গাও খোইনা চিংনবা পোক্তে। চিরবা মতম য়ৌরবদা নিংশিংই— শেঙ্গাওনা নহা ওইরিঙৈদা খোমলেন মংলান্দা তাকপীখি, মবুধৌ থম্মাংবগী থেল্লোন্দু। চীং-মান লমহাং চৎপদা অরাবা তারবা মতমদা শোল্লকউ ঐনা নংবু কনবীগনি। থেল্লোন অহু থমোইদা চেৎনা শোঙ্গহনা মীওইপোক হায়বসি শিরবসু অমুক্তনি মাইদদি লৈররোই থন্দুনা মাংদা খোংফম শিংচিল্লি। মচা সেবকশিংনা ওঝাবু খোংফমহু অতুরাইদগী হেনজিনবীরগনু হায়না খামখি। ময়াম্না হায়রকপা শেঙ্গাও তাই, মিংফমদি শামুদগী লৈথোক্তে। মবুধৌ থম্মাংববু হুন্না হুন্না থেল্লোম্না কৌজরকই। শামুগা শেঙ্গাওগা লম মঙারোমতা ডাইরবা মতমদা খোইরুম লাইগী থৌশিন্নরা খংদে শল্লুপ পুবা শামু অহু মনাতোন রাংনা থাজৎতুনা ফে লাওনা খোংলগা মমাই লৈহনা চৎখ্রে। শামু অশোংবদা চংখিতুনা লম্বী অহু হাংলে। তাং তানা শামু চৎখ্রে হায়বা থংলবা অহুদদি কাংলুপ অহু তন্না মপোৎ-মচৈ থোঙ্গৎন্দুনা লাক্লে। য়াচিংবা সন্ধ্যাগী মতমদা সোমজুং থুলদা থুংজরে। ময়াম অহু অরাণঅনা

কোরুরে। অহিং অহুমা সোমজুং খুলগী মেব্যা তজিগীদা লৈজরে। মখোইনা লাকপগী মরম য়ারী-য়াতাই কয়া শাহুনা মুমিত্তগী অহিং অহুমা লেল্লে।

নোংঙাল্লগা মপোং মচৈ পুহুনা নাওয়োক খোংবাল য়েৌনবা চৎলে। নাওয়োক খোংবাল হেক য়েৌবগা মপোং-মচৈ থারহুনা মী থরনা থাং-শিংজং পায়হুনা উ-রা য়াল্লি। খরনা থাঙ্গোল পায়হুনা ই-লাং-না ফাল্লি। খরনা চাক থোঙ্গৎলি। মখোয়গী লৈবা চন্নবা শং শাগৎলি। মুমিৎ অহুমা শং শাবা লোইখি। মুমিদাংয়াইদা নাওয়োক খোংবাল কোইন। চৎতুনা ঙা লৈগদবা ইরেল কয়া য়েংই। মতম অমদা শেগ্লাওনা থম্মগা হি অহু হিগোয়োল শোন্দুনা কৌখৎলি। হিজুদা লৈবা ঈশিং শেংনা শিত্তোকই, ইশং-ইনাং শেংনা চামথোক্নুনা মুংশা চাহন্দুনা থমই। অসুম্না মুমিৎ অহুমা নাওয়োক খোংবালগী শং অহুদা লেল্লে।

নোংঙানুবদগী মী ১/২ চাক থোংবগী থবক তৌরে। মী অতৈনা নাওয়োক পান্তা ইন চিংবদা পনগদবা উরু য়াক্ক শেং-দোকই। হি তোংতুনা চৈঙাক থিন্দুনা য়েংই। চাক লোইরগা চাক চাথোক্নুনা ঙা খোম্মবগী থৌয়াং তৌই। মাংওইননা শেগ্লাও য়াত্রানা হৈ-লৈ, চেং থাদোক্নুনা লমলৈমা অমদি ঙারৈমা খুরুমহুনা মুংখিল অহুদগী ঙা ফাবা হোৌই। থৌনিবা য়াহৈদি— কবো তুবী নাওয়োকপাৎ খুনবী লুরেন মাকলংপাৎ য়োইরেন নাওয়োক পাৎপু কোনবীরিবা ঙারৈমা। উতং হাওকাপ হুইগথা, য়েংদৌ উরোং খিন, থোহু মুংনা পোমাই তুমহুনা থমখিবদি হে ইবেম্মা ঙারৈমা ঙলি হায়বা মুমিৎ অসিদগী হোৌহু মুংপাক হাংদোকপীয়ু। লেমলৈ ঙাপী পীনবীয়ু, শাক্লেং-ঙারেন ফাজগে ইবেম্বগী থৌজাল নিজরি নল্লাই ঙোন্নবা ঐখোইনা অসি হায়হুনা মুংখিল অহুদগী ইন খোনবা হোৌই। ইনখোং শেম্মবা খোংবাল চৎপা য়াওহুনা ইন

খোনবা হৌই। পাং মপাল নক্লা লৈবনা ঙা ফাবদা খুদোংচাবা য়াম্না ফংই। অফাবা ঙাশিং অহু কবো খুল্লক্লা চৎতুনা য়োম্থোকই, যোন্দবশিংনা য়াইফৌ থাহুনা য়ুমদা পুনবা থমই। নোংম-নোংমগী ঙা য়োনবগী শেল অসি মঁা অমদা লুপা ১৫ গী চাংদা থুংনরে, অয়াইবা ঙাশিং অহুসু মখোয খুদিংগী মপোং ফারগনি। খোংবু অহু পোইম্নুগী ১০ নি পানবদগী খোরকপনি। হৌজিক ফাইরেলগী ২০ নি রোম পানথ্রে। য়াওশংদা মচা-মশুগী ফি-রোল লৈবা নংনবা য়ুমদা চৎম্নবা থম্নরে। অহুনা লেংবোং-পোলাংনচিংবা মাগী মাগী ম'পাং শানরে।

শেঙ্গাওনা মযুম চৎকদবা নকশিল্লক্নবা মতমদা নোংমা সোমজুং খুলদা চৎলি। মেব্যা তজিগা উনহুনা রারী কয়া শানৈ। তজি ঐখোই থা অনি হেল্লে, মথং থাদদি মৈতৈ ঐখোইগী য়াওশং কুম্নে লৈবে। মহুদা ইচা-ইশুগী ফি-রোল লৈবা নংনবা ঐখোই চৎলগে। ঐখোইনা তজিবু ঙা চরা অমা পীজনিংহুনা তৌবনি হায়হুনা মখোয়না তজিগীদমক পুবকপা ঙা অহু পীরে। তজিনা নুংশিদা কতে শেঙ্গাও মতুংদা ঐখোই অমুক উনবা ঙমগনি নিংদ্রে। ফরে মতুংসিদি নাদ-য়েক্তনা পানবা ওইরসি হায়হুনা তজিবু বিদায় তৌনরমই।

হুয়েং চৎকনি হায়বগী অহিং অহুদা অকংবা অয়াইবা ঙাশিং অহু অশীক-অচৌ ঙায়েন তাহুনা য়েম্নরে। মাগী মাগী মপোং কনাম্না শমদা হাপনৈ, কন। অমনা পাবোং-পোলাংদা হাপ্তনা শেম শানরে। চৎকদবা অয়ুক্কী চাক খোংলিঙৈদা শেঙ্গাও নাওয়োক খোংবাল হি লৈফমদা চৎথ্রে। খোংবাল অহুদা হি পায়রগা হায়রকই। হে রাকয়ৈ হি নহাক্লা ঐগী ইভেং য়াম্না পাংবীরক্লে, অরা-অনা কয়াদগীসু নংনা ইতেং পাংবীরে। হৌজিক্তি ঐহাক মৈতৈ লৈবাক য়ৌথিবা তারে, লাইঙ্গ ইরোমংদা লৈথ্রো, ঐহাক

মকম অসিদা অমুক লাকওমগনি হায়বা থাজত্রে। করিগুম্বা লাকপা গুল্পবদি ঐখোই অনি অমুক উনসি। ঐনা তাইবং থাদোকগ্রবদা নহাক্না নখি কোংলবদি কনাগুম্বা অথংবা য়াওহনা শেজ্ঞাওগী হিনি, হায়হনা— করিগুম্বা পোৎ অমা লাইজ-ইরোম্নংদা থাদরবদি নহনকমদা হল্লু, নতেকমদা তেয় হায়হনা হি অহু লাইজ-ইরোম্নংদা ইনশিনখি। শেজ্ঞাও ইরু মাইথজহনা লৈফমদা হল্লকই। শেজ্ঞাওনা য়ৌরকপদা চাক লোইরে, ময়াম চাক চানরে। মপোৎ শেম শাবা লোইরে, ক্বা চাবা, হিদাক থকপা লোইরহনা মৈতৈ লৈবাক্কীদমক থোংশাল্লকই। খুৎপু অহু ফাইরেল থা শিত্রিভৈদা ময়ুম ককচিং য়ৌরকখি। হায়রিবা হি অসি শেজ্ঞাওনা অরোইবী ওইনা শিন্নরমদে। মরমদি মাগী পুনশিদা অমুক হন্না উনরবা য়াই হায়বগী রাখন্দনি। শেজ্ঞাওদি অমুক হন্না চৎপা ঙমখিদরে। হৌজিক অসি অচৎ-অওক কয়ানা ভাংনৈ। কুমগী নোংথি-নোংমংবা মতমদা নাওয়োক পাত্তা হি মথি কোংহনা অকিবা শব্দনা ঙংলক্লনা মনাক নকপা খুলশিং কিনৈ, মতম অহুদা কনাগুম্বা অথংবা মীনা—থংই, নহাক শেজ্ঞাওগী হিনি, নহনকমদা হল্লু, নতেকমদা তেয় হায়হনা করিগুম্বা পোৎ অমা ঈশিংদা থাদরবদি মথি কোংলম্বা অহু তোকখি হায়না রাক্সী শানৈ।



## শেঙ্গাও অহানবা শিবা

শেঙ্গাওনা কবোদা ঙা থিরুরগা হল্লক্লুনা লৈরবা মতুং চহি অমদি মৈতৈ লৈবাক্তা কুম কাংবা ওইহুনা ঈশিং ফংদবগী অবাবা ওইখি। শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা লৈবাক্কী অরাবা অহু কোক্লবা পাঙ্গি গনক অথং-অহৈ কয়া কৌথৎতুনা রা তাম্লখি। মমাংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা করি লাই থুরুম্লগা, করি পুজা তৌনখিবগে হংনহুনা তৌবা য়াবা ইরাৎ পুজা তৌননবগী থম্ম নৈনবা অহুদা শেঙ্গাও মাইবস্থ য়াওহনা সনা কোন্নুংদা লৈ। মতম অহুদা থাইদেম তোঙ্গাও কৌবা বাবগাইদগী অহল অমা লাল্লুপ কাহুনা সনা কোন্নুংদা লৈ। থাইদেম তোঙ্গাও পেনাগী শুরদা শিকপলোন য়া কাইরোল শকপদা য়াম্না সুংশি। অহুনা নিংথৌ মহারাণী অনিগী তুন্নমদাই, অয়ুক হৌরমদাইদা শিকপলোন য়াকাইরোল শকই। অতাবা মী খুদিংগী থমোই শুমহৎলি। হান্নসু ঙাংবী মহারাণীনা শ্রীযুৎতা ওংদ্রিঙৈগী মমাংদা থাইদেম তোঙ্গাও পোকপা মপাগা ঙাংরম ইমুংগা তোরোৎ খুদাননা তিম্নরকই। মরম অহু লৈবনা ঙাংবীনা মহারাণী ওইরবা মতমদা তোঙ্গাওবু লুনা-চাম্ন তৌবী। তোঙ্গাওনা মহারাণী সনা য়াথং সনা কৈথেলদগী পোৎ-চৈ লৈরুবগী লেম্নকপা অচোইবা পৈশাশিং তোঙ্গাওদা পীবী। শিকপলোন য়াকাইরোল শকপদসু পেনবীহুনা শ্রীযুৎনা শেল থাবী। অসুম্না তুংশিঙ্গহুনা থমজবা তোঙ্গাওনগী শেল লুপা মঙারোম শুজরে। শেল অচোই-বশিং অহু মখোল থোকই মুঙাইদুতে হায়হুনা চান্দি ওহোকচৈ। চান্দি মঙা শুজরে, মতম অহুদা শল লাবা অফবা পারোৎ অমদা লুপা মুরি পীরবদি থোইদোক-হেন্দোক্লা অকুবা শল ওইরে।

অহুম্না সনা কোন্নুংদা লৈরকপা থা অনি শুরক্লে। য়ুমদা কুমহুনা মচা-মশু তান্নহুনা লৌউ-শিংউনবা থৌরাং তৌবা মতম ওইরে। মতম অহুদা লুপা থাও হায়হুনা ঙৌবোংনা শাবা চান্দি ময়েক হাপ্পা য়াবা খুহুপ অহুম শাংবা অমা লৈরমই। কাল অহুদা চীং-তমগী অহলশিংনা শেল হাপ্নগা খাংদা পুন্নরমই। অহুগুম্বা থাও অমা লৈহুনা শেলশিং হাপচিনজ্রে। নুমিৎ অমা শেঙ্গাও মাইবসু য়ুমদা চৎনবা তৌবা মতমদা তোঙ্গাওগা হৌনহুনা খোংবু ওইনবা থৌরাং তৌরে। তোঙ্গাও মতোমতা ওইববদি হয়েল লম্বীদা চৎক দবনি। শেঙ্গাও যাত্রাগা খোংবু ওইবহুদা থৌবাল লম্বীদা লাকই। অয়ুক অঙনবদগী খোংহৌ য়াংনা লাকই, ৱারী শান্ন-শান্ননা লাকপনা রাংজিংগী খোংনাং মখোং ফম্বীদগী চিনি খোংনাং নপ্পী লৈহুনা চামিন্নবদা ঙাইহাক পোথাই। পোথাবা অহুদা তোঙ্গাওনা য়াম্না চেকশিন্না শেল হাপ্নহু শেঙ্গাও যাত্রানা উই।

মখোয় অনি অমুক লাকপনা নুমিৎয়ুংবা মতু দা ককচিং য়ৌরে। খোংনাং অৱাংবা মখোংদা ঙাইহাক কম্মিন্নহুনা পোথাই। শেঙ্গাওনা খল্লি, তোঙ্গাওমা ময়ুম য়ৌরগা শেল হ্নাওরমদবগী মতৈ-মনাও থৎনবগী পাওদম তাগে। তোঙ্গাও লাক্লগা শেল পীবীগে হায়হুনা মন্ত্রগী শক্তিনা তোঙ্গাওগী শেল অহু লৌরে। ঙাইহাক পোথারগা তুংদা ইনাও নং য়ৌগ্রো, ঐদি ইয়ুম য়ৌরবনিনা লৈহৌরগে। ঐখোই অনি অমুক থুনা উনসি, ঐ লৈহৌরে হায়হুনা শেঙ্গাও ময়ুমদা চৎখি, তোঙ্গাওসু চৎগ্রে। হান্না লাকনি থৎদবনা নুমিৎয়ুংবা মতুং ওইখিবনা শেঙ্গাও চাক হাপ্তে ময়ামদি চাক চাবা লোইগ্রে। নুমিৎ অহু হরাইজায় লোনবগী মৈজাওদি থারি। মচা-মমৌশিংনা মৈজাও অহুদা চাক থোংহুনা শেঙ্গাও ইরুজহুনা চাক চাবা তোক্লে।

তোঙ্গাওসু খোংথা য়াংনা চৎহুনা ৱাবগাই ময়ুম য়ৌরে। সুগীবু চাক থোংহন্নগা মকি-মরোল হোংদোকুনা খাজোল ফম্নেন্দা

থয়ে। লমশাং লাকপদা মৈশা ফংলকপগী য়েকমাই তুরেন্দা কুমথক্লনা ঈরুজরে। ঙাইহাক তুরেন্দা মশা অহু লুপথোক্লনা ইংহন্নবা হোৎনরে। চাক লোয়ইরমগদবা তাঞ্জা ওইনা তোঞ্জাও কাররে। চন্দোন্নচিংবা থিন্দুনা চাক চারে, অরাম-খোয়রাংবা থরা করে। মতম অহুদা মাগী মুপীদা হায়রকই— মুপী মাঙ্গোলগী ফক্কা থন্নিবা ফি অহুগী মরক্তা লুপা থাও অশাংবা অমা য়াওবনি। মঙুংদা শেল চান্দি ময়েক মঙা য়াওরিবনি লাইনা পীবগুম্বনি। চহি অমতা নিং-থুংনা মতিক চাবা শল পাবোৎ অমতা গুবা ঙমলক্তবা অহু কুমশিদি লাইনা তন্নবনি রারী শাই। মাগী মুপীনা য়েংবদা খাওদি য়াওই শেন্দি য়াওরমদে। ইমুংদা ওনশিল্লগা মাগী পাবুং থাওদি য়াওই, শেন্দি য়াওদেনে। তোঞ্জাও হাপখিবা অশেংবনিনা মুপীনা ফাগী তৌবগুম থন্দুনা হোইদা থম্বদা থমজিল্লু শল লৈবগী থরতগু লেন্থা য়াইদা মহু নংগী নরন ওইগদবনি। তোঞ্জাওগী ব্রা তাবদা মুপীনা তশেংবনি নিপা হৌজিকপু অঙাংদোনা ফাগী তৌনবা মতমলা ? তোঞ্জাওস্থ হেরা মুপী তশেংনা ইথুং অসিনা হাপথিবনি। ঐনা তুরেল চৎথ্রিঙৈদা অঙাং কনা কনা হনজিল্লক্লমই। মুপীনা অঙাং অমতা চংলমদে, নচাশিংস্থ থরুংপাক্তা হঙ্গাম ঙাকপা লোইনা চৎখি। লম্বীদগাক তাহৌরবরা নিপা নংবু ? হেরা মুপী মথাং মথাং কিশিন্দুনা হাপ্পনি তাথিকম থোক্তেন্দা। মুপী নংনা ঐবু ফাপ্পী তৌবা মাপ্পিদা, মহু তাবদা মুপীহু মখোইদৌ চাপ্পা শাওজে। চফু মচেৎ, ইবান মচেত্তগী হৌমিন্নরকপনি পুনশি অসিমা সেবা ফংদনা মাংজথ্রগে। মুপীগী অয়োবী রাহে তাবদা তোঞ্জাওহু শেল মাংখিবগী মুঙাইত্তবা লোইরে।

তোঞ্জাওহু মুঙাইতবনা শেল লৌবা মীহু উবদা থাংনা য়ানবা ঙমগদবোই নিংলে। থুয়োইদা মঙন-মঙন থল্লকই, মতম অমা মাবু পোক্লপা পহৌনা তাকপীরুবা সনাম্নহি তেল হায়বা মন্ন অহু

নিংশিংলকই। ধর্ম্ম অসি মী শিবনি, পুনশিদা অমুক্তদগী হেনবা য়াদে। খোইকনা মীতম লাক্লগা মকক মকক কল্লগা ঈশিংদা থাদগদবনি হায়রগহ্ তৌরগে খল্লে। স্নুপী ঐহাক ধর্ম্ম অমা শান্নবা তারে, ধর্ম্ম অসি অরানবা মীগু শোয়দনা শিগদবনি। স্নুপীনা তৌবীয় তৌবীয় ঐদি ল্যান্দবনিনা করিস্নু শোকলোই। তোঙ্গাও করে হায়হুনা থৌরাং তৌরে। চংগদবা পোৎচং কয়া লাংশিন্দুনা সনামহিগী মমাংদা য়াই তৈথোক্লে। পুজাগী পোৎলম পুশিন্দুনা ধুপ থাওমৈ থাহুনা খোইরু মীতম শাহুনা ধর্ম্ম অহু শোল্লে। ধর্ম্ম অহুনা মপুং ফারহুনা মী থিবা চৎলে।

ককচিং খুলদা শেঙ্গাও যাত্রাহু মচানিপা গোপাল পোরগা মথা-থংবা লাংথোং ময়াদগী হরাইজার ওমনবা পীরেলহৈ মনা হেকপা হোৎনরি। মতম অহুদা শেঙ্গাওগী য়েৎ-থংবা কপ্লাক্লা মী অমনা চৈতুপ্পা ফুবদৌনা পানখি। থংহৌদনা শেঙ্গাও লোংনা হায়থরকই। লোংনা অহুম তুরবদি অভাং অহু শোকনি থন্দুনা থা ওল্লগা চেপ্পা তাখি। ভাইহাক চৈনা খাংলগা হৌগৎতুনা লাকই। অভাং থাল্লগা মাঙ্গোন্দা ফমহুনা থোকখ্রিবা থৌদোক অহু সাথন য়েংই। মমৈদা শেঙ্গাওনা থংলে, তোঙ্গাওনা সনামহিগী অয়ৌবী তেন কাপ্লে। মানা অহুম থনবদা হন্দক থারকইবা মন্ত্র অসিদি স্নুমিৎ মভানিগী মহুৎদা শোয়দনা শিবা তাখ্রে। য়েরুহুনা অশিংননা তৌবা নত্তব-নিনা কনখি থোকপস্নু য়াল্লে। শেঙ্গাও মাগী কোর্বেক লাইরা ধর্ম্ম ময়াম হাইদোকুনা য়েংবদা মাবু কনবা ওন্না অমতা উত্রে। মশানা খুমুক হন্দুনা লৌথোকপা নত্তনা অতৈ উপাই লৈত্রে। মচানিপা মীতোং থাহুনা রাবগাই তোঙ্গাও কৌহল্লুরে। নিনি চনবা অমুক্লা থাইদেম তোঙ্গাও লাক্লে। শেঙ্গাওনা ইনাও ইবুংঙো নংস্নু থরদি কিংমল্লি, ঐনা নিংবনা শেল মাংবগী নতৈ-ন্দনাও থংনবগী পাওদম অহু তারগা স্নুভাইজগে থন্দুনা ঐনা নংবু থংহন্দনা

মঙ্গনা শেল অহু লৌবনি। নঙোম্বা শীনবা নংগী শেগরুম কাইদনা থমলি। নংগী হিকাপ অসিদি ঐ শোইদনা শিবা তারে, ঐনা থৌরম থংদবনা খুমুক হনবা ঙমত্রে। ইনাওনা থারকপনি খুমুক অমুক্তা হল্লু নত্রবদি নয়াম্বা শিবা তারে।

তোঙ্গাওনা তাধন ননাওদি খুমুক হনবা তমজহৌত্রে। ঐবু পোকপা পম্বো শিত্রিডৌদা তাকপীরম্বনি, ধর্ম অতৈ অমতা তমজ-হৌদে। ধর্ম অসিদং নংগী অয়ৌবী য়োরবদা শীজিন্নৌ হায়না তম্বীরম্বনি। খুমুক হনবগী মরম হংজহৌত্রে ননাওবু রারৌবীগনু। তাধনগা ঐগদি ইশা ফাওবা শোক্লদে তাধম্না ওইরমগনি হায়বা থাজদবনা তৌবনি। রাথল থেনবা ননাওসু মুডাইতবদগী থোকপ্র-বনি। ননাওগী ইরাল্ পুন্নমক তাধম্না অমুক্তা ডাকপীযু হাম্মনা ভক্তি কংচৈ।

শেঙ্গাওনা ইনাওগী মরাল লৈতে, লাল্লিবদি ঐনা মফম মতম চাদনা ফাগী তৌক্লবদগী থৌদোক অসি থোকপনি। মচাশিং অমদা পাখোল থাহ্না ফকথাদা থম্লিবা লুপা মডা অহু লৌথোক্লনা তোঙ্গাওদা পীরে। ইনাও ইয়াম্বনা নংবু মাংহনগে তৌবা নত্তে ফাগী ওইমা তৌবনি। লৌরো হায়হ্না পীরে, তোঙ্গাওহু য়াম্মা নিঙমদনা শেল অহু লৌরে। তোঙ্গাওনা লুপা অমা কংলমই, য়াম্মা মুডাইতনা ময়ুমদা হনখি।

শেঙ্গাও শিবা নম্বো পোহ্না সনামহি তেলগী চৈনাখোল থাংহ্না লৈহৌই। কনাগুম্বা মী অমদা ওইরবদি মত্র অহু হেক পানবগা লেংবা-ওংপা, রা ঙাংবা ঙম্নরোইদবনি। শেঙ্গাওদি মশা কনবা ঙমত্রবসু শিরমদাই পুংফম য়োত্রিকাওবা মশাদা অবা-অনা থোক্ত-নবা মবুংঙো ইরুম নিংথৌগী-থৌজাল ফংজৈ। মরম অহ্না চৈনা কংলবস্থু ইমুং-মাজোল থোকপা লেং-ওংপদি ঙমই। শেঙ্গাও শিবা তারে হায়বসি মচা-সেবক মুংশিবা খুদিংমক তাকপীরে। মচা-সেবক

অৱাঙ্বা লাকুনা সেবা তৌররে। মচা-সেবকশিংনা হুৎবা য়াবা ধর্ম, মন্ত্র-যন্ত্র কয়া হুংক্লে। অহিংস্মুংথিল নাইদনা মচা-সেবকশিংনা সেৱা শিন্দোক-শিনজিন তৌনৱে।

মচা-সেবকশিং য়েংহনা শেঙ্গাওনা হায়রকই— ইচাশা, নখোয় খোইনা য়াবা তৌগনু শিবা হায়বা অসি ঐখোই মীওইপোক খুদিংগী তোল্লবা লমননি। তাইবং অসিদা মপুনা মীওইবগী মীপোক জীবদা অতৈ জীবশিংদগী য়াথল থনবা হেন্ন। শিংনবা মচাক অমা হাপ্পীরমই। মহু থংনা ঐখোই খুদিংনা চৎকদবনি। মপুনা শেঙ্বা মীওইবগী মপোক্কী চৎকদবদি অফবা লম্বীদা খোংদাবা মীনুংশি থংবা, পুকচেল তপ্পা, ধর্ম কাইদবা, অমতগী মচানি হায়না খনগ-দবনি। কত্তবা থবক তৌরোইদবনি, ঐনা য়ানিংবা থবক অহু মীনমু য়াগনি, ঐনা পামদবা থবক মীনমু পামলোই। মরম অসিনা নখোয় খুদিংমক পুকচেল তপ্প। তমউ, মীনুংশি থংউ, তুংগী য়াথল তৌ; তৌগদবা থবক্তা মাই ওনশিনু। কিরবদি চংলুগনু, চংগ্রবদি হল্লুগনু মসি মীওইপোক্কী তৌগদবা ইথৌনি। ঐনা ওসি ইথৌ মশক থংলুদবগী দশা অসি তারিবনি। ঐ হৌজিক হিংনবা শক্তি লৈরক্তে, ঐহাক অৱাবগী মৈশা লাংলক্লে। ওদিগী হুমিদাংদা ঐহাক লাইনিংথৌ ইরুম নিংথৌ ইবুংঙোদগী তাইবং বিদায় থৌনিজগে। তাইবং চারোক শং ওইবা য়ুম অসিদদি ইবুংঙোদা থৌনিজবা য়াররোই। য়ুম অসিগী য়াংমদা ইথোল মনুংদা মতম থরাদং অচিকপা মর্কম থিহনা লৈরগে নখোয় ঐবু থিরিকনু হায়না তাকপীখি।

হুমিং অহু হুমনি চনবগী অহিংনি, শেঙ্গাও শিগদবা হুমিং নিনিতা ঙাইরক্লে। নোংয়াই-ইচিক ওইরক্লে, মীয়াম পুম্বা তুমখ্রে; থেংনবা মতম অহুদা শেঙ্গাও চৈগু অমা প্যাররহুনা তপ্পা-তপ্পা মপার্জ থোরক্লে। কম শেম্বা মচা-সেবকশিংদা থংহো উহৌরবনু;

হুংখিলগী মতমদা হায়খিবা বায়ম অহুনা কনানমু খোইনা থামদে৹ হুন্দে। তৌরাং ককচা অমগা শেক্সাওগী ইথোল মচি অমদা থাক্লুনা হিপথক্তরে। মবুংঙো ইরুম নিংথৌগী থেক্লোন মিথৈরোল শোন্দুনা মবুংঙোবু তোইনা কৌক্তরকই। মনাইনা অরা-মৈচাক পুহুনা কৌক্তরকপা তাবীরহুনা ইরুম নিংথৌ ইবুংঙো মনাইগী নাক্তা লাকপীরে। মনাইগী য়াহং-পাওহং তানিংবদগী মংফাওননা গুম্বীরে। মনাই তুমব্রে থংলবদা ইরুম নিংথৌনা য়াহংবীরক্লে। শেক্সাওনা হঙ্গৎচৈ—লাইনিংথৌ ইবুংঙো মনাইনা করি হায়না হঙ্গৎকদগে। মনাইনা মরম চাদবা, কাগী তোপে মতৈ মনাও থংনবগী পাও তাগে হায়হুনা লুপা মঙা মত্রনা লৌরুরে। ইচম-চম্না করিমু তৌরক্লোই থন্দুনা ইশা ঙাকথোক্লবমু তৌহৌদ্রে। মাবু পোকপা অহলনা তম্বীরম্বা খুমুক তমহৌদ্রবা সনামহি তেল কাপ্লরুনা মনাইগী ইশাদা পানবা ঙসি হুমনি গুরে। ঐনা মীরোল থংলকপদগী তমজবা বিত্তা পুন্নমক য়েংবদা মনাইগী উপায় লৈদ্রে। তোক্সাও কোহুনা হংনবদা মামু খুমুক হনবা তমহৌদ্রে। মনাই তাইবং থাদোক্লদবা হুমিৎ নিনিতা ঙাইরে। ইচা ইগুগী মথৌ মঙম তৌবা থরা য়াৎলি। মনাইগী খোইরেম্না লোইরমদ্রবদি থরায় অসি কনবীয়ু লাইনিংথৌ। মনাই শেক্সাওগী থমোয় শোকপা অয়ৌবী য়াহৈ তাবদা ইরুম নিংথৌ ইবুংঙো মনাইগী তৌবা য়াবা উপায় য়েংলকই। লাপ্পা য়েংবদা উবা ফংথি শেক্সাও মাগী মীতমখিবা খোইরু অহু মতুপ মতুপ ককথংতুনা সেকমাই তুরেলদা থাদ্রে। ঈচেল ওইবনা তুরেলগী ঈশিংনা মচেৎ-মচেৎ চেম্বহুনা অমতা শম্নকা য়াদনা লৈবা উরে। ইবুংঙোনা খল্লি হন্দক শেক্সাওবু কনরা অসি অরাইবা অমদি ওইদ্রে। শেক্সাও হায়বা নিপা অসি মতম কুইনা ঐগা লোয়নরক্লবা কুম্বী তাবগী লাংওননিসে। ইরুম নিংথৌ ঐহাকমু ঐবু নিংজবা৹ ঐগী লাংওন খুদিং য়াওবা ইনাইবু কনবা ওমদে হায়রবদি তাইবং মীপুম খুদিংনা ঐবু শোয়ক্রোই। ইরুম নিংথৌ

ইবুংঙোনা মনাই শেঙ্গাওবু য়েংহুনা তাকপীশিন্নরি। শেঙ্গাও নংনা থাকচবা লাম্দা নংনা থুজবনি। নংনা তৌবা কর্ম্ম নংনা ফংবা তাবনি। নংনা ঐবু নিংঙবগী ঐস্ত চীংঙ্‌ ইথৌ পাঙ্গল পুথোক্লুনা মুমিৎ তরেৎ চয়োলবু চহি তরেৎ পুথোক্লুনা ওসিদগী চাহ্‌ তরেৎ নংগী পুনশি হ প্পীরগে। হুন্দক্কী খোংফম অ'স নং শিদবাদ য়ার- রোই। নংগী শিফম থোকপদি শিরো মতাং চানা থোংফম য়েংহুনা ঐনা নংবু কল্লকে। ঐগী ওসিগী রা অসি নংনা তাইবংদা শিন্থা পায়বা ওমজিবা ফাওবা জীব কনা অমত্তুদা পাওদমবা য়াদে। মপু মনাই অনি খোম্লেন মংদা রারী রাতাই কয়া শাম্নরবা তুংদা পাওতাক কয়া পীবিরম্লগা ইরুম নিংথৌ ইবুংঙো লেংল্লে। মবুংঙো লেংখ্রবা তুংদা শেঙ্গাও মিকপ থোক্লহুনা তপ্পা-তপ্পা হৌগৎচরে, চৈশু অমদি ফক মচা পায়হুনা ইমুংদা চংলকখি। খোম্লেন মংদা মবুংঙোনা তাকপীরম্বা পুম্নমক থমোয়দা চেংনা থমজখি। ইমুং মমৈ ওইরবদা মচা-সেবক কয়ানা শেঙ্গাওগী সেবা তৌজরে।

নোংঙাল্লে শেঙ্গাওগী য়াহিপ তানগদবা নোংমতা ওাইশিল্লক্লে। মুমিৎনা নকশিল্লকপগা ইরোইননা মশাদ্দা চৈনাখোল ফংবা হেল্লকই। ময়াংলম্থম থম্বা কৌবা মাগী সেবক অমদা বৈত্ত ওইনবা শিনখ্রে। মিক্কল কাংলোন্দা পীরকদবা থুংজি পায়ফম যাত্রা ওইগদবা মতম্লন- চিংবা লোম্না তাকপীখ্রে। হেদো-বাহে চন্নবস্থ মথৌনা মঙিংজেল লৈবা মী ওইবনা মন্নামদা অরাবা থোইনা উহন্দে। অন্তম্নমক্তি ওইরগা ভৌরাং ফকতা ওন্দুনা চাবা-থকপা য়ারক্তবনা নোংম- লোংমগী লোনজিল্লক্লুনা মীওই মুর্ত্তি হোংলক্লে। ইমুং-মমু, মচা মশুশিংনা মচি-মচিদা লোম্ন কপ্পরক্লে। হয়েং কৌবা মুমিৎতা শেঙ্গাওগী অরোইবনি থংলবা অহুরদি অনকপা-অরাপ্পাদগী মচা- মশুশিং গুনা লৈরে। মচা-সেবকশিং য়াওনা ইন্নু-য়াম্নোল অহু মীনা চিক্লা-চাইনা ওমখিল্লে। মচি পুজিদা মিখুপখোলনা নিক্লে।

খঙ্গহৌ হুংহৌনিংবা মচা-সেবকশিংনা মতম হায়বা লৈতনা পুমকোই কোইহ্রে।

লোংঙানলে, মঙানি শুবা হুম্বিংনি, অমুক অহুদগী শেঙ্গাও মিং পাংখিদ্রে, খর কাইনা পুংফম ঙাইহুনা লৈহ্রে। মীকপ মীরাওখোল মরক্তুদা শেঙ্গাও কোবা থুমখিদ্রে, মমিং মিংফম ওনগ্রে। সনজিং নাতোল পৈরে, হুম্বিংনা বাতোল লোম্বা মতমদা ময়াংলম্বম খম্বনা বৈত ওইহুনা মপালগী যাত্রা লোইরে। শুমাং মথোবোমদা থমহুনা থাঙেল্লে সেবাগীদমক মীয়াম শেম শানখ্রে। খোয়ুম থৌশিন খোদা পুহুনা মৈতৈ লৈবাক্তা মীয়াম্না শক-থংনরম্বা ককচিং খুলগীস্থ পজেং ফিরালনি হায়না নিংনরম্বা ময়াংলম্বম শেঙ্গাও মাইবহু ঙসিদি শুমাং মতা ফবদা, অহনবা শঙ্গাই মঙ্গুংদা লারাক অমা থাহুনা, লফু মতুপ মোনথাংনা, ব্রজগী শাপাদি ময়েক-শা, মকোক অরাং ওন্দুনা, চরৈ ফিঙৌ কুপ্নগা অশৈবা লোংনা য়াহিপগ্রে। সেবা থৌরম লোইরহুনা উবাক্কী কু মঙ্গুংদা হাপ, অঙৌবা ফিনা কুপ্তুনা পুং-করতালগা লোয়নননা শেংগ্রোং মংলেন য়োৌনা পুরক্লে। শুমাক লবুক্তা লৈবা লেরবতিপা কৌবনা ওঝাগী মংফম্মি খংনবা থারুনবা স্না-খোংনাং চার অমগা, তুলশী চার অমগা পুরক্তুনা য়াওরখি। মীপক-মীরাওখোলগা লোয়ননা শেংগ্রোং মংলেন য়োরহুনা হান্না থৌরাং তৌহুনা থমগ্রবা শীঙ-শঙ্খক মথক্তা শেঙ্গাওগী অশিবা হকচাং অহু থাঙ্গৎখ্রে। লেরবতিপানা মফম চাবা য়েংহুনা স্না-খোংনাং, তুলশী পাম্বী থাজরে। মীয়ামসু মৈ চাকপদা নুঙাইনবা শীঙ শেম্নবা চংগ্রে। ফি খন্দুনা শীঙ শেম্বা হৌবদা অশিবা মশা অহু পায়রুবদা শিত্রিবা মীগুম্না মশা অহু শারমই। শীঙ শেম্বশিং অহুনা লৈবাকশা অশিবা অসি মশা শাই অমুক্তা য়েংবীয়ু লাওরকই। ময়াংলম্বম খম্বা চংহুনা য়েংবদা ওঝাগী হকচাংগী মীহুল লৈরমলে। ময়াম চংহুনা মখাদা থাংথহুনা ঙাইহাক সেবা তৌরবা মতুংদা

শেঙ্গাও মমিং পাংলকই, ঐনা লৈরিবসি কদায়দনো হংলকই? ময়াম্না শেংগ্রোংদনি খুম্বদগী ঐবু য়ুমদা পুরো হায়রকই। ময়াম্না শীঙ অসিঙি করম তৌগনি হংনবদা শেঙ্গাও মামা থংবা অমা লৈরনা থাদোকশ্রো হায়রকখি। শেঙ্গাওগী রাহৈ মতুংইন্না মী থরা শংদুনা শীঙ অহু মৈ থাদোকখি। শেঙ্গাও য়ুমদা পুরক্তুনা লাইকম্নখি। হুমিং থরনিগী তুংদা শেঙ্গাও নাবা ফরক্লে। হান্নগী শারেপ ফারদুনা মীয়ামলক্তা অমুক তিনখি। স্না-খোংনাং পাম্বী অহুদি হিংদুনা লৈরি ঙসি ফাওবা মংলেন খোংনাং হায়না থংনরি। শুগনু রোডকী ককচিং খুলজিন্দা শেংগ্রোং খোংনাং মচাদগী মখা পাংনা উরিবা খোংনাং পাম্বী অচৌবা অহুনি। শিরুরবা শেঙ্গাও মাইববু অমুক হল্লক্লে হায়দুনা মৈতৈ লৈবাক অমদি ককচিং খুলদা পুংঙ্গাও থিনবগুম ঙাংনখি।

---

## মহারাজ চূড়াচান্দবা শারেং কংপা

শকাব্দ ১৮২৬ কালেনগী ১০ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা শ্রীযুৎ ইবুংঙো সার চূড়াচান্দ মহারাজ, ময়াম্বু ইবুংঙো রাজা সুমন্ত্রা সিংহ অমদি মাইবা পণ্ডিত কয়া পুন্থনা শুগানুগী মবুধো বাংব্রেল থানা চাওবা ইবুংঙো ঈরাং-থৌনিগদবগী নুংথোং ঈরাংনবা শামু তোংহনা মা-থোং লেংবীরকখি। বাংব্রেল থৌনিবা লোয়রগা থা পাংনা চত্তুনা নুংথোং ঈরাংতুনা অনৌবা পৌরোল শিনখি। ভানান কোল য়েৌনা লেংহনা উজাও থাব্রাং হায়বা অহু সনা মীংয়েং তাবীখি। থোংকম অহুগী হুরকপা ১৩ নি পাবা শগোলশেল নুমিত্তা ককচিংদা থুংখি। থা মাইকৈদা অনিশুবা নিংথৌনি হায়রিবা গোটিময়ুম গোপাল শর্মগী শজাইদা চংহনা পোথাখি। মৈত্রবাক্তী মবুংঙো লেংলকই তাবদা ককচিং খুলগী নিংথৌ, সেনাপতি, কমাইবা কয়া, শীভেল মচিল তোংবা কয়া লাক্লনা সনা থোগল তৌজখি।

নুমিৎ অহুগী মীয়াম অহুবু য়েংলগা, শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা রা হংবীরকই— চহি খরগী মমাংদা শিরুবদগী হুরকই হায়না তাখিবা ককচিংগী ওঝা মাইবা ময়াংলম্বম শেজাওহুবু করম তৌরিবগে? মহাকী ঈ-পাও তাদবা কুইরে, লাক্লিঙৈ অঁসিদা অমুক্তদি উননিংই। শ্রীযুৎকী য়াথং ফংলবদা ককচিংগী নিংথৌ শাজৌনা মাগী ওঝা শেজাও কৌরুনবা মী থাগ্রে। সনা য়াথং ফংবহুদা শেজাও য়াম্না থুনা লাক্লনা সমা নাক্তা থুংলখি। সনা নাক য়ৌরকপগা খুট লৈতানা থুরুমৈজে। শেজাওগী মশক উরবদা শ্রীযুৎনা তাকপীরকই— ওঝা মাইবা উনদবা কনা কুইরে। এনহু লৈবাকী থৌরাম-পুরনা

অরাপপা—অনকপদা চংথোক–চংশিন তৌবদা ঐনস্থ অতমননা লাকপা ওমদেদো, লাক্লিঙৈ অসিদা চুম্না উননিংঙ্গনা কৌবনি। মতম কয়াগী মমাংদা শিরুবদগী হল্লক্লে হায়না তাখি। ঐনস্থ নোংমতা লাক্লুনা পাঙ হৌলবা ওইদে, রারৌগন্থ। মুংশিদকো ঐখোই মীওইপোক অসি নোংমদি শিখিগদবা ডাক্তনি। হিংলিঙৈ মুতুম, খরা অসিদা চেক্লা শন্থ গুম্না ডাক্তাক থাইদোং তিকরমগুম্বনি। অরোইবদা ঐখোই খুদিংমক লোইনা প্রাগী মাগী মকমদা খাম্ন দোক্লিজনবনি। পান্থ পাম্থ শেংনা থাইনখিগদবনি। লৈবাক্লা শক–শংনরে হায়রিবা ওঝা মাইবস্থ, নিংথৌনি হায়রিবা ঐহাকস্থ, তাৱবংপানবদা লৈরিবা অচৌং–চংজ পুন্নমক মপু মাগী মরলনি, মপুনা লৌশিলনিংবা মতমদা থাম্নদোক্লগা ওইরবস্থ, পুক্লা ওইরবস্থ লৌশিলখিবা ডাবনি। মতম অদু য়ৌরক্লবদা ঐহাক থবক চিনি চংলোই হায়রা যাবা নত্তে। অতুনা ওঝা মাইবা ঐখোই ঐখোইনা অকবা থবক তৌরম্লে, অকবা মীংচং কংপনি, কত্তবা তৌরম্লে কত্তবগী মীংচং কংগনি অসি পুন্নমক খংনা ডাইবংদা ঐখোই চংশা ডাই।

শ্রীযুৎনা হায়রকই— করে মসিনা রাকম অমনি। মমাংঙৈদা ওঝা মাইবনা মশাল কনাচ মচিল তুমকাংলকপা মতমদা যাম্থং মাখ্যা লোইখোম সনাদা মতম নত্তনা য়াকচিংদা শারেং পীজখি হায়না তাখি। ওঝাগী তৌবা ওস্বা ইকুম নিংথৌ ইবুংঙোগী মতেংগা লোয়ননা ইকুম তুরেলগী শ্রারেংনা হৈরেম খুজাম পাংকী তমনাওবীদগী কারগা পীজখি হায়বা অমা তাখি। ঐগী ওঝিগী অপাম্বা অসি অচৌ কনানা ওম্নোই, ওঝা মাইবদনা ওমগনবনি, অদুবু ওঝাগী পাঙল হল্লকপা ওইবনা য়া মাংগুদ্রা খল্লি। শ্রীযুৎকী মাথং তারবদা শেঙ্গাওনা হায়জখি— শ্রীযুৎ ইবুংঙো ননাইনা ওস্বা মতাং ওইরুবদি ননাই থোদাং য়াজগে। শেঙ্গাওগী ইচং–থৌবা মতো অদু উবদা শ্রীযুৎনা তাকপীখি— থোইনা অকরা নত্তেং

অমুজাও শেলুংরা নহাক্রা পুনম্নাও হাওনবা থাজনবা হোৎনহৌরো। যাখুং ইচিল ইনাওশিং-ওঙা যাইবনা ইকম তুরেলদগী ঙা ফাবগী কুইম্ন য়েংলুরো হায়দুনা শেজাও অমদি মীয়ামগা লোয়ননা ইকম তুরেল পাংলকই। শেজাও মপানা থংবা যাইহরি লম অহুমলোম শাংবা অমা য়াওই। ইকম তুরেল মৌরবদা ইকম লাইকোই খোংরাঙদা নিংথৌ মচিল-মনাও খুদা থাদুনা কমগ্রে প্রজা মীয়াম কয়াদু তুরেল তোর্বাল থুংনা ঙা ফাবা কুইম্ন য়েংগদবগী নৈগ্রে। শেজাও-যাত্রা মথাংদা যাইহরি অহু য়েংশিল্লগা কুমথগ্রে। লাইজ ঈশিং মকোক্তা হাপ্তগা মচিন্দা নিয়ম মন্ত্র কয়া শোপ্পুনা ইরোন-থুংদা লুপগ্রে। তুরেলগী মোংচুপ থংবা তোর্বালদা ইকপা য়েংবা মীনা ফিজৌ-কৌরগুমগ্রে।

লাইজ ঈশিং মতুংদা শেজাওনা মবুংঙো ইকম নিংথৌ অমদি মমা ইকেমা ইরাই নৈনা থুকমজহুনা থৌনিজরি, অনিগী থৌজাল কংলবা মতমদা ঈপাক ইয়াইদা চৎতুনা শারেং থিরি। মতম অহু মিনিট ৫/১০ মুক তারক্রে। শেজাওনা ইকমা অহু ঈবুং মমাংদা উখিদবনা থরায় রাবা অমা পোকই। নিংথৌ মচিল-মনাওনা থরায় রারবদু শেজাওগী মচা-নেবকশিং হায়া থংবা মীওইশিংদি থোইনা রাগ্রে। মিনিট ১৫ রোম তারবা মতমদা শেজাও শারেং থগাইমুক শাংবা অমা যাইহরিদা য়েংলগা ইফাওনরকই। নিংথৌ হায়বসি অঙাংগুম্নু প্রমাণ তৌনৈ ওরাং শ্রীবুংনা খুদেংদা য়োকল-গুম্বা হায়না পনখিবা অহু থৌগল থংবা মনাইশিংনা নৈকাই খুদেং পুহনা য়োরাং তৌরিবনি। শেজাওনা মপা শোক্তনবা কোয়গা পুখং কপা শারেংদু ময়াম চৎনা ঈশিং হাপা নৈকাই খুদেংদা হাপ্পনা ইরোইহল্লে। শেজাওনা থংচৈ ... ঐজা ঙা থসি থোংবা নংবরা পুকনবী ... মথংদা ননাইনা মথেল অমগী অপাংশিং ... শ। নাইবীনা তারবদা শ্রীবুংনা মনাই থা থাদুনা

ঙা অতু পুহনখ্রে। মতম অতু অয়ুক্কী পুং ৯ লোম তাবা মতম্নি। ঙাইহাক পোথারগা শেঙ্গাও য়াইরি মখুৎনা য়েংলগা ঙাপাং কানবা অমুক হন্না হুপখ্রে।

হন্দক অকোনবা ঙাপাং ফাবগী থোংফম অসিদি শেঙ্গাও ফনা কুইখ্রে। মিনিট ২০ হেন্না ফাওগৎলক্লে, নিংথেম মচিল-মনাওদি অওইননা ৱারে। শ্রীযুৎ পুক্লিংদা থল্লকই, করম্না ওঝা মাইবক্তুবু ইরুম তুরেলগী উক্রোংদা খুৎংগী য়াইরি অহুনা লৌশিনখিতুনা ঈপাল ফাওবা ঙমদ্রবা জাংলা? লৈবাকশা করম্না পুঋাই ফাজিল্লক্লে, ধর্ম্ম কয়া হৈতুনম্নু ঈশিং মম্নুংদা মীনা অমুক কুইনা লৈবা ঙম্বা হৌনদে, উরু-রারুদা য়াহরিগা লৌনতুনা ঈপাল ফাওবা ঙমদবা ওইগনি। নহা পাঙ্গল কনবা খরা কুমতুনা থিহনবনা চুমগনি। ঐম্নু করিম্নুংগী পাঙ্গল শোল্লবা অহলদা খোদ।রুরবনো। শ্রীযুৎকী চিংনবা অতু উবদা সেবক নাওরেম তোম্বা গোদানা হঙ্গৎচৈ— শ্রীযুৎ ইবুংঙো ননাই ঐথোইগী ওঝা খুদোংথীবা থোইনা থোক্লোই। ওঝানা মশাল ফনা ইনখৎলকপা মতমদদি মুংথিল লৌরাংদগী লুপখিবনা মুমিদাংরাইদা ইফাওরকই। নাওরেম তোম্বা গোদাগী বা তাবদা শ্রীযুৎ থরায় রাবা খরদি ফজে।

অকোনবগী ঈকুম অহুদা শেঙ্গাওদি পেংবা, থরাক, ঙানোই-নচিংবা মী ৫০/৬০ না চাবদগী লেম্নবা ফার-ফারগা য়াইরিদা লেংশিল্লি। য়াইরি অহু থুংগে তৌরবা মতমদা য়াইরি লিতোল পায়হনা ইফাওরক্লে। ঈশিং থোংবালদগী শেঙ্গাওনা মীয়াম চংহুনা চিংখৎমিন্নসি হায়না কৌরকপদগী মরাম চংহুনা ঙাশিং অতু চিথৎ-লকুনা লৌথোক্লগা থমই। নিংথেম মচিল-মনাও অনিদি শেঙ্গাও ইফাওরকপগী হরাওবদা, ঙা-রাম উবগী মুঙাইবা অমুক হাপ্তলা মুঙাইবা অনি গুখি। ঙাশিং অহু পুহুনা মীয়াম হন্নরক্লে। মরাম্মুং ইবুংঙো রাজা চুমত্রা সিংগীদমকম্নু অমুজাও শেলুংবনা ঙাক্রা মথেল

অমা থোৌরাং তৌহুনা শ্রীযুৎ মচিল-মনাও, ককচিংগী কমথোলশিং মীওই ৫০/৬০ প্রসাদি ফংখি। মনাই শেঙ্গাওদা মনা-মথুম কয়া পীবিরমই। অহিং অহুদা শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজিউগী মান্দোপ্তা খুলেল-রাইরি খুবাক-ঈশৈ প্পালা ফাংনহল্লি, শেলগী মনা-মথুন পীবীরমই। নোংঙাল্লগা ১৫ নি পানবা (পুর্ণিমা) থাংজ হুমিত্তা শ্রীযুৎ সনা কোহুং য়োনবা লেংবীখি। সনা কোহুং য়োৌরগা মচা-মনাইশিং ময়াম কৌশিন্দুনা ককচিংগী শেঙ্গাও যাত্রাগী হৈ-শিংবা ঈশিংদা ওম্বা শক্তি ময়াম রাল্লীনবীখি, পুরকপা ঙাশিং অহু মচিল-মনাও য়েনন্দুনা হুমিং অহুগী চরাদা মচা-মনাই কয়াসু পীজখি।

---

# শেঙ্গাওগী অরোইবা পুনশি

অঙকপনি মীওইবগী পুনশি কনানা খংবা ঙমগনি। ঙসি শিনি পাওজেন্দে, হয়েং শিনি পাওতাক্তে অদুমকপু মাইবা পণ্ডিত অখং-অহৈ কয়াদি শিগদবা মুমিৎ খংবস্থ য়াওই। অদুগুম্বা মীওইশিং অদু অতাংবনি। মীপুম খুদিং খংবা নত্তে, অখংবা খরগী মরক্তা শেঙ্গাও যাত্রাস্থ অমনি। মীওইপোক অসি ওমর নত্তে, শিগদবা ঙাক্তনি হায়রসি মীপুম খুদিংনা খংই, খংনা-খংনা কাওথোকপস্থ য়াওহল্লি, মসি তাইবং মপুগী লিলা য়াওলনি। মপুনা লিলা শান্ন-নবা তাইবংদা থারকপদা কনানা অফবা থবক তৌই, কনানা ফত্তবা তৌই। ফত্তবা তৌববু মীনা থিনা ঙাংনৈ, অফবা তৌববু মীনা নুংশিনা শোন্নৈ। অফবা তৌহুনা শিদ-উপাল থাবা মীশকশিংগী মমুংদা শেঙ্গাও যাত্রাস্থ অমনি হায়বা য়াই। কনাগুম্বনা অফবা থবক তৌবগী থৌদোকশিং অদুবু ইতিহাসনা শিংথাহনা থম্মরি। তুংগী রিকোদ ওইহৌনবা।

অহল-লমম্না হায়নৈ— মীওইবগী পুনশি চহি ১০০ নি। অদুবু অকক্নবদি ওইদে চহি শুদনা শিথিবনা অয়াম্বনি। করিগুম্বা হেন্না পুনশিখিবস্থ য়াওদবা নত্তে, মহু মা-মামা তৌবা কর্ম্মগী ফলনা ওইবনি। কর্ম্মগী মতুংদা পুনশিনা ইন্দুনা চৎপনা মীনা কর্ম্ম অফবা তৌ হায়নরিবনি। ককচিং লমদমদা পোকখিবা মরাংলম্বম শেঙ্গাও যাত্রা লাইরা-তিলরা, মহৈগী বিষ্ঠা, মীয়োক-মীকল, মুক্লা-লমজেলদা থৌদাং কয়া য়ারকপনা মীয়াম্না অফবা মীওইনি হায়না শোন্নখি। অদুবু শেঙ্গাও চহি ৬৮ দগী হেন্না

পুনশিখিদে। অহল লমনগী বারীদা হাম্বনবা লৈ— ইরুম নিংথৌ ওরুবদগী মনাই কুম্বীতাবা ওরুবনা হেন্না লুই হায়না। মতু ইরুম নিংথৌনা মনাইগী মগুণ হাপকৎপনি। অতুগুন্না ইরুম নিংথৌ ইবুংঙোনা মনাই শেঙ্গাও যাত্রাগী মগুণবু মতম খুদিংদা হাপ্পীখি। খাইদেম তোঙ্গাওগী সনামহি তেলনা পানবদা শিরগদববু ইরুম নিংথৌ মবুংঙোনা রুনবীদুনা চহি তরেৎ পুনশি হাপ্পীখি। মতম অসিদা শেঙ্গাওগা, মবুংঙো ইরুম নিংথৌগা য়ানখিবা চহি তরেৎ শুরহনা মনাইগী খোইরেল ওইরক্রে। মীংচৎ উরোং খিল্লিদুঙৈ লৈবাক্লা মতিক-মগুণ শোম্নবিদুঙৈ অসিদা মনাইবু লৌশিনবীগে খল্লে।

শকাব্দ ১৮৩০ লাংবন থাগী পানখৎলকপা মতমদা অয়ুক অমা শেঙ্গাওনা য়াম্না লুনা তৌজবা মনাওনিপা গুলাপসিংনা পোকপা অতোনবা নাওলসিংনা চহি ৫/৬ ওরকপা মতমদা নিঙাই তৌদুনা শুমাংদা ওন-থোইনা কপই। অঙাং কপ্পা অদুদা শেঙ্গাওনা পমদুনা থেমই। লাও ইচাসিদি ইপলগা লু কায়দুনা ঙা ফারগা ইঙ্গাং হাওনা চাথোকসি হায়দুনা নহোং শেমদুনা নাওলসিং পোখৎলে। তুঙ্গোল অমনেং চৈ অমগা পায়দুনা মথারোদা লু কাইবা লাকই। লাংবন থা ওইবনা শেঙ্গাও লৌরি ইথোং শেমজিন্দুনা লু মথং মথং কাইরকই। শেঙ্গাওনা লু কাইবগী নোঙ্গরিদুঙৈদা লৌবুক অদুদা থম্বাল অঙাংবা অমা শাৎপা অদু নাওলসিংনা উরদুনা ইপল য়াইমা থম্বাল হেকপীয়ু, থম্বাল হেকপীয়ু হায়রকই। অঙাংগী বা তাবদা শেঙ্গাওনা য়েংথোকখিবদা কক্সরবা থম্বাল অঙাংবা অমা শাৎপা উরে। অঙাংগী নিঙাইনা হেনখিবনা শেঙ্গাও মাং-তুং খলহৌরে। বিনাস কালে বুপরিত বুদ্ধি হায়বগুম মহোশা মথারোদা থম্বাল হৌদে কাওখিদুনা থম্বাল হেকে তৌবদা থম্বাল অদু খজিক খজিক লাপথোকখি। শেঙ্গাওসু অশাওবা অমা য়াওনা চৈ অদু পায়দুনা লৈ অদু কনখৎলি। থম্বাল অদু লৌরক অহদা তাখিবগুম তৌই।

থম্বাল খুনগে ক্লাম্না থিবদদি থম্বাল ফংগ্রে। থম্বাল ফংত্রবদা ইবুংঙো থম্বাল মাংগ্রে, ফংগ্রে হায়দুনা মচাবু থেমদুনা ময়ুম য়ৌনা লাকই।

মখারো লম্বীদা লাক্ল লাক্ল শেঙ্গাও রাখল তৌরকই। কল্লি-নো ওসিগী মতৌ অসিবু, ঐগী রাখল অসি ওয়রমাল্লে। চহি ৩০/৪০ মনারো ওইনা লৌফম অসি উরুকপদা থম্বা-থম্বাল অমতা হৌখিদ্রি। ওসিগী থম্বাল অদুনা কদাইদগী, লৈ অদুনা খিবা থংখিদবা, মসি পুম্নমক ঐগী পুনশি লোইরক্লে হায়না তাকপা ওইরগনি। অসিগুম্বা থৌদোক অসি ঐনা থংলকপদগী অমুক্তা থোকখিদ্রি। অসুম্না রাখল খন্দুনা লাকপনা ময়ুম য়ৌরকখি। রাখলশিং অদুনা শেঙ্গাও চাক মপুং ফানা চাবা য়াখিদে। অয়ুক্তী থৌদোক অদুদি কাওভমদনা খন্দুনা লৈ। নুমিদাং ওইরে চাক চাখোম ১/২ চাদুনা শেঙ্গাও রাখল থম্ব-থম্ব তুমথখ্রে। শেঙ্গাওনা তুমথ্রবদা মবুংঙো ইরুম নিংথৌনা খোয়েন মংফাওনবীরকই—শেঙ্গাও নং রাখল থম্বা চোয়রেনা, নহাক্কী মখারোদা করম্বা মতমদা থম্বাল শাংখিবগে? খাইদেম তোঙ্গাওগী সনামহি তেলদগী ঐনা কনখিবা মতম শুরদুনা নঙোন্দা খুদম পীরনি। নংনা হৈজ-শিংজদুনা থৌনিজরবাদ চহি ১/২ দং শাংদোকপীগে থনবনি, থম্বাল অদু নংগী থরায়নি। নংনা নথরায় কনথংগ্রবনিনা নহাক্কী উপায় লৈররোই, নংগী লাইবক ফবদি নংনা থম্বাল ফংত্রিবা অদু ঐনা লোংশিন্নি, থম্বাল অদু নংনা ফংলম্নবদি খুদক্তা নহাক শিতুনা লমশি তারম-গদবনি। ঐনা নহাকপু মীংচং থিদনবা থম্বাল অদু লোংলবনি। হায়েং নংগী অরোইবা মতমদা নচা ননাই অমা থারকউ, ইরুম লাইকোই, তোর্বালদা খেঙ্গোং, য়াওদনা শাংহল্লমগে মদু হেক্লগা নথম্মোয়দা কোন্দুনা তাইরং থাদোক্লকউ ঐনা নংগী অকবা লম্বী শেন্নীরমগে। মীরমলেম্বমু নতিকংবপ্রাল চাওরিঙৈ মীয়াম্না ফংশিনা

শোয়রিডে অসিদা তাইবং থাদোক্লবদি নংগী মীংচৎ-উরোৎ বিল হৌরগনি। থৌনা-শিংজেল কৌ শিবা কিগনু, নংনা ঐবু অতম কয়া শোঙ্গ-নিংজরকপগী মহে ওইনা তাইবং থাদোকত্রিবমথৈ রাখল বুদ্ধি চোয়দবা ওইনু। অরোইবদা নংগী নথরার থাল লৌহল্লু হায়বতু কাওগনু। মনাইগী খোয়েন মংদা খাওজাক কয়া পীবীরমই।

নোংভাল্লে খোয়েন মংগী রাখলনৈ ভরাং অধুকা থৌদাকশিং নিংশিংহুনা রাখল তৌই। মচা অমো কয়া কৌশন্দুনা থোকখিনা বারী কয়াসা লোয়ননা মংগী থৌদাকসু তমখি— ইচাশ। ইপাগী মতম লোয়রমাল্লে, তাইবং চিঙ্গাক খমলক্লে, নখোয় নচিল মনাও খৎনে চৈমগনু চুংশি চাহ্ননা লৈমিল্লৌ। ইপাগী মতম খজিক লৈরিবা অসিদা নখোয়গী তৌবা যাবা সেবা তৌজহৌ। মতম অসিদা শেঙ্গাও থোইনা শোন্থত্রি অনাবা মী যানত্রি। চাক চাবদি নোংম নোংমগী হুস্তরকই। নোংম-নোংমগী হৌখিহনা লাংবমগী ১০ নি পানবদগীদি শেঙ্গাও য়াতুহনা মাবা হায়বতু ওইখে। অনাবগী পাও তাবদা মচা-সেবক কয়াসু লাক্লমা ওযাগী সেবা তৌরে। রাখল চোইত্রিডে, লৈয়েং ফায়ত্রিডেদা তস্বা য়াবা, থংহৌবা য়াবা ধর্ম যুদ্ধ কয়া হংজে। শেঙ্গাওনস্ত অথাকপা লৈতমা তাকপী-তম্বীখি।

থেৎপা য়াখিত্রবা মতাং ওইবনা শৈজাওহু নোংম-নোংমগী হৈদো-নাহে চন্দুনা তৌরং ফক্তা ওন্দুনা লৈরে। অহুবু মকুতোগী থৌজালদগী রাখল বুদ্ধিদি চোইদে। তুম্বা-চাবদি হল্লকপনা মশাদি কনা নিংথিনা শোল্লে। লাংবন থাদা ঐ শোয়দনা শিগমি হায়বদি মায়ামদা থংহল্লি। শিপদবা সুমিংমক্তি তাক্তে, লাংবন ১২ নি পানবদগী জহাক মাঙোলদা লৈগে হায়রুনা মচা-সেবকশিংনা মাইয়োম মাইথল নিংথিনা শেম-শাহুনা, ১২ নি পানবা ইরাই চুমিডগী মাঙোলদা হিকম শেমহুনা লৌখি। শৈজাওনা জিলা দরবার চৎপদা পুবীথিবা সেবক মত্তাংদগী থকদা বৈত উইনা

য়াদে৹ চেংকোক তরক্তগী হেনবা, বামোন ৭/৮ কা থোং থাকপগী থোক্লকনি। মতম অহুদা হাল্লনবা লৈ শেক্লাও কাংলুপ ময়াং লম্বমগী তৃর্পন উস্লব ফংখিদবা ককচিং রাইরি৹ খুলেলগী অহুল অমতা লৈখিদ্রে হায়নৈ। লাংবল ১৬ নি পাম্বা ইরাই হুমিৎকী অযুক অভুনবদগী বামোনশিং অহুনা খোংবা-থাকপা হৌখ্রে।

শেক্লাওগী মঙ্গোলদা অনাবা সেবাশীদমক ইমুং-মাঙ্গোল মী পৈহনা লৈখ্রে। অযুক অহুনী হুমিৎ রাতোল লোম্থৎলকপা মতমদা অরোইবা মতম্দি নকশিল্লকপ', মতম কুইনদগী মানা নিংজ-রকুবা ইরুম নিংথৌ ইবুংঙোবু থাদোকদোরে খল্লুবদা মমিত্তা মপী ঈরা চেন্দুনা থোকখিবা থোদোক কয়াদা মতেং পাংবীখিবা, মানমু নাওতে কয়া শাজখিবা মথং মথং খল্লুবদা মীনা কোবা খুমদনা তুমিন লৈখ্রে। অওনবা অযুক্তগী রাত্রী-রাতাই কয়া তপ্না-তপ্না শাদরয়গা তুমিন লৈখিবা কোবা খুমদবা অহুদা সেবা তৌরিবশিং অহু থরায় বানরে। মচি-মচিদা মখোলদি থোক্তনা কপ্লবা য়াওরে। মাঙ্গোলগী মতৌ অহু উবদা চাক থোংলিবা বামোনশিং অহুসু ওল্লরে। মনাওনিপা গুলাপশিং রাখল মমশিল্লক্লে। অহলশিং খরনা বামোনশিংদা মৈথৌ কল্লু তল্লরি। ময়াংলাম্বম খঙ্বা মাগী ওখাগী মীহুল পায়বদা থাদোক্তে। মীহুলদি অকায়বা লৈতে, কোবা খুমদবা অহুগী ওতুবা ওমদে। ওকানা তাকপীবা মীহুলগী মরোলদি য়ৌজ্রি অহুবু মীৎ, নাকোং শিংনা পুক পায়বা থাদোক্তে। মীকপ-মীরাওনা মখোল থোরকপা অহুদদি শেক্লাও জ্ঞান লাক্লে। শেক্লাওনা অমীৎ পাংলগা য়েংলকপদা মীয়ামগী মতৌ অহু উহুনা তপ্না-তপ্না হায়রকই— ময়াম থোয়না বাগদু, ঐহাকী যাত্রা পুংকম রাংলি, ঈপা-ইপুগীদমক কংলিবা তর্পন উসব ফংবা-যাওখিদ্রি। কিজংনমসু থোয়না বাগদু তপ্না-তপ্না হোৎনৌ। ' শেক্লাওগী না তারবদা অয়াম অহু নে তাদ্রনা থর হোম্মৈ।

অহল ওইবশিংনা ভস্বা ওমদে হায়ত্না অনকপা অমদি অরাঙ্গী অহলশিং নহারোল খাংনা কৌহল্লুই, খুজাই লৌহল্লুই। লোইরমদবশিংদু খরা থুনা লাক্লবা হায়রমই। মুমিং অদু পুং ১০ রোম তাবদা অহলশিং শুনবা থৌরাং তৌখি। য়ুম্বুনা য়াওহনবিংবা অহল-লমন অয়াম্বা শুরক্লে। লাই ওইপ্পবা মপা-মপু অহলশিংগী থৌরম থৌনি কয়া তৌত্না মথৌ মওম পাংথোকচরে। নহারোলশিংনা চাকলুক খাত্না চাক-ইঙ্খাং হাপ্লা লোইরে। শেঙ্গাও যাত্রাগীদু মপা-মপুদা কৎপগী লুক-ফম চাক-লুক অমা পুরকুনা মচাশিংনা শৌগৎতুনা ফমহল্লে। প্রসাদি তাক্লত্না অহল-লমন খুদিংমক প্রসাদি ফংনরে। (মচানিপা নাওলসিংনা হায়রীবদা ইপল য়াইমগী চাক অদু লোইখিত্না অমুক্তা হাপনৈ, চেংজেন পুখিবরা হায়না তাকপী) অউবা মী খুদিংনা ওক্লে। চারিব চাক অসিনদি শিরোই নারোইদবগুম নিংনৈ। মীপুম খুদিংমক প্রসাদি ফংবা লোইনরে। য়ুম্বুগী মীওইশিংনা কা-হৈ, দাক্ষিনানচিংবা য়েল্লে। মতুংদদি অহল-লমনশিং চংলক্লুনা শেঙ্গাওবু বিদায় পীরম্লগা ময়ুম ময়ুমদা হনখ্রে।

মুমিং অদুগী উসব লোয়রত্না মুমিং চাইথরক্লবা মতমদা শেঙ্গাও যাত্রাগী তাইবং খাদোক্লদবা পুংফম নকশিল্লক্লে। নচাশিং য়েংত্না তপ্না-তপ্না হায়রকই— ঐগী মতম য়ৌশিল্লক্লে, খম্বদু খরা থুনা কৌরু, চাওনাও নং য়াম্না থুনা চৎতুনা ইরুম লাইকোই খোংনাং হৈক্লেং হৌরিবগী ইরুমফম অদুদা খেঙ্গোং য়াওদবা থম্বাল অঙাংবা অমা শাৎলমগনি, মহু হেক্লগা য়াম্না থুনা পুরকুনা ঐঙোন্দা পীয়ু, হায়রম্লগা শেঙ্গাও রা ঙাংখিদ্রে, মমিং উইশিনখ্রে। থম্বা য়াম্না থুনা লাকুনা মাগী ওঝাগী পুক পায়ত্না য়েংজৈ। মহৌশাগী মীহুনগা মীহুন কাংলোন মাম্নরমদ্রে। থম্বা কুপ্না শেমত্না লৈখ্রে। উইশিল্লিবা মীংকী মীৎচিদা পী তারকই, মপুরুংদা মবুংঙো ইরুম নিংথৌ নিংশিংজরিবমাল্লে। ভাইহাক লৈরগা চাওনাওনা থম্বাল পুত্না লাকই। থম্বাল অদু থবদা শিন্নরে, থবনা— ওঝাবু থম্বাল

পুরক্লে হুয়হুনা নোম্বহুনা থাম্লে। মতম অহুদা শেঙ্গাও মমীৎ পাংহুনা মখুৎ লায়কই থম্বাল অহু লৌরগা থমোয়দা চেৎনা কোঞ্জখি। থম্বাল কোন্নগা মীৎ উইশিনখিবদগীদি অমুক হন্না মীৎ পাংখিদ্রে। শেঙ্গাওগী থরাইনা তাইবং থারমদাই য়ৌরবদা থম্না মপাল থৌরাং তৌনবা পাওতাক পীরকই। ময়াম চংহুনা মপাল থৌরাং তৌখি। খেৎপা য়াদবা মতম লাক্লবদা মিকুপ থরগী মম্লুংদা থম্বাল কোম্নহুনা শেঙ্গাও তাইবং থাদোকখি।

শকাব্দ ১৮৩০ লাংবন থাগী ১৬ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা মৈত্রবাক্লা শক থংনরবা ককচিং লমদমগী ময়াংলম্বম শেঙ্গাও যাত্রাহু মপুগী লৈরাং লৈকোলদা লৈরাং লৈনম ওইনা তিমখ্রে। মতম্না থেংলকপা অহুদা লাপ্না মংলেম্দা পুরহুসি থম্নহুনা শেঙ্গাও মাগী মনারৌ মথারৌগী মচি অমদা হকচাং তুমখি। লৈবাক নিংথৌনা শক থংরা মী ওইবনা সনা কোন্নুং তাকফম থোকই থম্নহুনা সনা কোন্নুং তাকলুই। শ্রীযুৎ ইবুংঙো চুড়াচান্দ শ্রীধাম বৃন্দাবন লেংখিহুনা লৈরমদে। ২৩ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা শ্রীযুৎ থুংলখি। ২৮ নি পানবা মুমশকৈশা নুমিত্তা শ্রীযুৎ লেংলক্লুনা শেঙ্গাওগী কর্ম্ম য়াওবীখি, ইমুংগী অরা-অনা মতেং ওইনবা লুপা ১০ পাংবীরমই।

## শেঙ্গাওগী মচা-সেবকশিং

হৌজিক্কী চহি ১৫০/১৬০ গী মতম অতুরাইদদি অহল-লমন-শিংনা রারী লিবীবদা অসুম্না তাকপীরকই— মতম অতুদা লাইরিক তম্নবা স্কুল অসি থোয়না লৈরমদে। মতম অতুগী নহারোলনা ভাসা, পুং-ঈশৈ, উ-শুবা তমই। উমং-লাই হুরাওবগী থৌগলদমক মুক্লা, লমজেল তম্মে। অনা-অয়েক, অঙাও-অফৈ য়েংনবা মাইবগী থবক যাদু-মন্ত্র, হিকাপ-তেলকাপ্পচিংবা মহৈশিং তম্নবগী থবক্তা চংশিন্নরমই। ময়াংলম্থম শেঙ্গাও চহি ১৫/১৬ তগী মুক্লা, লমজেল মমুৎ তানা তমশিল্লি। চহি ১৮ দা রাইরি ইবুধৌ খম্নাংবগী লমজেল হানবা ওইখি। চহি ২০/২১ শুরকপদা ইবুধৌ খম্নাংবগী মুক্লা যাত্রা ওইখি। চহি ২৩/২৪ দা কাথা খুলদা চত্তুনা লাইশ্রম ফৈজাও মাইবদা ধর্ম-যন্ত্র, হিকাপ-তেলকাপকী মন্ত্র তম্বা য়াবা মহৈ বিদ্যা তমখি। নহা ওইনা মতম অদুগী মহৈ-মশিং বিদ্যা মমুৎ তানা খংবা মীশক অমা ওইখি। অঙাং ওইনা ইরুম নিংথৌ ইবুংঙোবু য়াম্না থাজনা নিংজরকই। মরম অদুনা ইরুম নিংথৌ ইবুংঙোনসু অসুক্কী মতিক লুনা-চান্না তৌবীদুনা মনাইগী মতেং পাংবী। মরম অদুনা মতম অয়াম্বদা শেঙ্গাও যাত্রা মাইপাকপা ওইখি। চীং-তম অনিগী অপুনবা যাত্রানি হায়না শ্রীযুৎ নাওজিংলেন নোংত্রেন খোম্বা চন্দ্রকিত্তি মহারাজনা লাওথোকপীখি।

শেঙ্গাও যাত্রা চহি ৬৮ লোমদা পুনশিখি। অদুক হাক্লা পুনশিত্রবসু নিংথৌরোলদি মরি পুনশিখি। ১। শ্রীযুৎ চন্দ্রকিত্তি ২। শ্রীযুৎ শুরচন্দ্র ৩। শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র ৪। শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মরি অসি খংনহৌই। শেঙ্গাও যাত্রাগী মচা-সেবকশিং অসি ককচিং

লমদমদদি অমুক্তী মতিক য়ামই। ককচিং খুলগী লোম্হক-লোনখা, মমাম্নবা, শিঙেল্ মচিল চৎপা মীওই খুদিংমক শেঙ্গাও যাত্রাদা মহৈ-মশিং তমখিদবা থোয়না য়াওখিদে। মরুওইবা মীওই খরদি— ময়াংলম্বম নিংথৌকৈ খুনয়াই লৈকাই, নাওরেম তোম্বাগদা খুনয়াই লৈকাই, ময়াংলম্বম খম্বা খুনয়াই লৈকাই, নাওরেম শেঙ্গে ই য়াইমা খুনয়াই লৈকাই, পুখ্রম্বম চেক্রা খুনয়াই লৈকাই, পুখ্রম্বম শাজৌ পুখ্রম্বম লৈকাই, নাওরেম শাজৌ নিংথৌ লৈকাই (ককচিং নিংথৌ), শান্দিনবম চাওবা মখা লৈকাই, য়েংখোম থোৎপা মখা লৈকাই, ক্ষেত্রিময়ুম কোইরেং তুরেল ম্বাংমা (শিজপা), যেংখোম নন্দো তুরেল ম্বাংমা, মতম অমদা অনিশুবা নিংথৌন হায়রম্বা গোটিময়ুম গোপাল শর্ম্মা কৃষ্ণচন্দ্র সেবাইট, মোইরাংথেম কৈনাপা মোইরাংথেম লৈকাই, মোইরাংথেম অঙাং লাম্লুপ চীংবম মোইরাংথেম লৈকাই, ময়াংলম্বম লৈখাম সেনাপতি উরাওবম লৈকাই, ক্ষেত্রিময়ুম লুংনাংখোম্বা তুরেল ম্বাংমা অসি নত্তবা কয়াম্থু লৈরি। মথক্তা পীজরিবা মীওইশিং অসি মানা মানা থোকপা অমমম তৌবা ঙম্বা মীওই ঙাক্তনি।

শ্রীযুৎ নাওজিংলেন নোংম্রেন খোম্বা নিংথেম পীশক্রা সেকমাই-জিনগী মুক্লাদা মনাই শেঙ্গাওবু শক থংবীবা হৌখি। মথং বামোন কলকীগা মুক্লা শাম্নহনবদা অমুক্তা হেন্না খংবীহুনা অচানবা মনাই ওইহনবীখি। জিলা দরবার লেংবদা শেঙ্গাওনা মাগী সেবক ময়াংলম্বম খম্বা পুবীবা খোংফম অহুদা শেঙ্গাও যাত্রাগী তৌবা ঙম্বা মহৈগী বিদ্যা খংবীহুনা শেঙ্গাও যাত্রানা শিত্রিফাওবা মাগী লৌ ইথোল খাজনা অমদি লৈবাকী থৌ পুবা পুন্নমক কোকপীখি। অহুত্তা নত্তনা শেঙ্গাওবু সনা কোম্নুংদা থমহনা মজা ইবুংঙোশিংবু লোইনা ধর্ম্ম লাইবা তমহনখি।

হৌজিক হৌজিক মৈতৈ লৈবাক (মণিপুর) না সহিন অমা ওইনা ইরাৎ পুজা তৌনরিবা পাওনম্ নাওলসিং (পাওনা ব্রজবাসি)

ন্না শেঙ্গাও যাত্রাদগী থাং-তা, নোংমৈ চংদনবা মন্ত্র অসি লৌন্নবা (তন্নবা) চীংলেন ম্নাংগা মপু মনাইনা শেঙ্গাওগীদা থা থরা চীংলেন ম্নানা পুজারি ওইতুনা লৈরমই। মতাং অতুদা শেঙ্গাও যাত্রাদগী পাওনম নাওলসিংনা থাং-তা, নোংমৈ চংদনবা ধর্ম্ম-মন্ত্র লৌখি (তমখি), মতাং অসি শেঙ্গাও যাত্রাগা থংনবা মনাও শুলাপাসিংনা পোকপা ময়াংলম্নম নাওলসিংনা লিবীরম্ননি। অইবা ইশানা ইং ১৯৭২ দগী শেঙ্গাও যাত্রাগী মরম থিজরকপদা ইবুবোক নাওলসিংনা হায়বীরকই— প্রেমানন্দ নংনা ইপল য়াইমাগী মরমদা থিজিন-খোমজিনবা অসি ইবুবোক য়ান্না মুঙাই, নং চুরুট য়ান্না থকল্লি লুপা ১০ লৌ হায়তুনা পীবীরকই। ঐনা চহি ৫ শুরকপদা ইপল য়াইমা লৈখিদ্রে, মতম খুদিং ইপল য়াইমানা ঐবু পোবী, ঐবু লুনা তৌবী। ইপল য়াইমনা লৈখিদ্রবা, ঐনা জ্ঞান তানা ফনা চাউজরক্রবা মতমদা ঐবু পোকপা পন্থৌনা— ইচাশা ঐগী তা-য়াইমাদা পাওনানা থাং-তা, নোংমৈ চংদবা মহৈ তম্নদা চীংলেন ম্নানা পুজারি ওইরগা লৈরম্না মক্তম অতু সিদনি ঈগী শঙ্গোয় মচা অমদা লৈরমই। পাওনানা ঐখোয়গীদা লৈবা মতমদা য়াম্না ক্তোতোন তৌই। পৌলাংখোক অমদি মরি চৎপা খোংক্রম, মাইরেল মখাদা লিত্তে। লম্বীদা শল লিশাং পুনবা থোরীনা লম্বী থৎপ্রবদা থোরী কাল্লগা চত্তে, হোয়দোক্লগা নত্রগা কোয়রগা চৎলি, পুন্নমক লিবীবগা লোয়ননা মক্তম অতুস্তু ঐঙোন্দা তাকপী।

নাওরেম শেঙ্গোয় য়াইমা ইবুধৌনা লিবীরম্বা ৱারী অমা— ঐহাক চহি ৮ শুরকপদগী অহল-লমন লাইরিক-লাইশু তাবদা য়াওই, অহল-লমনশিংগী হিদাক হানবা থরায় য়ান্না য়াওই, অদুনা হন্নুবী-হন্নুবা খুদিংনা ঐবু মরম ওকপা হায়না কৌবীহনা য়াম্না লুনা তৌবী। ইবুধৌ অসিনন্তু য়াম্না লুনা তৌবী, অহল ওইবগী থুইন্নবা থুবাক অতুনা নানবীবদা মোন-মোন লাওহনা য়াম্না মুঙাই।

অহুগী মথক্তা ইবুধৌ অমিগী মচা অহল্লা পোকপা নাওয়েম মনাও ঐগা চহি মাল্লবা, নুদা তিল্লবা অমসু লৈবনা মতম অল্লাক্পদা ইবুধৌগী মনাক্তা ফমহনা রারী য়াম্না লিবীবা তাই। ইগুশা,

ওঝা লেঙ্গাও যাত্রা হায়বা অমা লৈরমই, ওঝা অহুদি মাংবা ওমই, থাং-তা, নোংমৈ চংহন্দবা ওমই। অরাপ্পদা লায়েংবা চৎপদা অহিংদা কৈ তোংহনা চৎপা ওমই। মতুদা ঐনা হায়জে—ইবুধৌদি ওমত্রা, হৈত্রা? কিরবা, পাংত্রবদি মহৈশিং অমি লৌবা ওমদে। ঐনা খংবা পুক-শুবা খুৎলিগী থবক, অনাবগী হিদাক মচল তমহনা ইবুধৌদি মাইবা ওইনা লৈরিবা অসিনি। অতুদা ঐনা হংজে— ইবুধৌ ক্কিগল্লবদি লৌবা ওমদে হায়বা রারীহু লিবীম্নদনা ঐখোয় তাজগে। ফরে ইগুশা রারীদি ঐহাক ওঝানা লিবীহনা খংই মতু ঐ লিগে নখোয় তারো— থাশী নুমিৎ ওইপনি, নুমিৎনা নোং-মাইজিং ওইবা নুমিৎ ওইগদবনি। অহাংবা মী লৈতবা কা মঙাগী য়ুমজাও অমগী মনুংদা তৌগদবনি। য়ুম অদু অহাংবা ফংত্রবসু হায়না-শিংনল্লনা য়ানবা মঙংদা অরৈবা মী লোয়না অতোপ্পদা লৈরবা তাবনি। অদুগুম্না য়ুম অদুদা সনামহি কাচিন রাই তৈ-থোক্লগা, খোইরু থাংমৈ থাল্লুনা, হৈরুক-কা থাহনা, ধুপ (মেত্রুক) থাগনি, থোংজাও-মনিংথোং হাংদোক্লগা থমগনি, মপাল থোংজিল ময়া মথা-থংবা শরুক্তা রাই তৈথোক্লগা অরাং ওনবা ফিদা অমা, নোংপোক ওনবা ফিদা অমা থাগনি। খোইরু থাংমৈ, হৈরুক তাঙ্গ থাহনা থমগনি। মতম্না মল্লবা নোংয়াই মীচিক-মীরাওথোল তাম্নবা মতম্মি, মহৈ লৌগদবা মীশক অদুদা ধর্ম-লাইরা শিল্লহনা নোংপোক ওনবা ফিদাদা ফমগনি, ফম্লিবা মশা নত্তনা কনামত্তা লৈরোই, মী অহনা ধর্ম-লাইবা অদু শোনগনি, অসুম্না লৈরকপনা লাইবা অদুগী শক্তিনা সনামহি কাচিন্দগী চাংরবা কৈজাও অমা নোম-নোম, নোম নোম লাক্লগা মখা থংবা ফিদা অদুদা কবহনা

লৈগরনি। মতুদা কিচুনা লাখৎপ্রবজি মীনা লায়েংবা ওমরদা অঙাওবা ওইখিগনি। মতুদা কিবা লৈতনা লাইরা অহু শোন্দুনা কৈ অহুগী শিঙ্ক লৌগদবনি, কৈ অহুনা কোক্তনা লেকপীগনি, মতম অহুদা শিঙ্ক পাঙ্গে হায়না লৌপনি। ধর্মনবু মাংবা ওয়া অমা, থাংন্তা, নোংমৈ চংদবা অমা, মতম থুদিংদা কৈ তোংলগা চংপা ওয়া অমা মথল অহুমসিগী মসুংদা অমদগী হেন্না লৌবা য়াদে। অহুনা ওঝাবা তাকপীবদা কোইরেং মামা মাংবা ওয়গী ধর্ম লৌখি, পাওনম নাওনসিংনা থাংন্তা চংদবগী ধর্ম লৌখি হায়না তাকপীরমই।

মতম অমদা ককচিংগী মীওইশিংনা কাংলুপ-কাংলুপ শেমদুনা লৌ হেক লোয়বগা শেল তায়কনিদমক কবো লৈবাক অবাদা শেল তানবা চংনরমই। শেঙ্গাওগী সেবক ময়াংলঙ্গম লিংথৌকৈনা লুচিংবা কাংলুপ অমা কবো চংলি। খুংখিলগী খুংশা য়াম্না শারকা মতমদগা লাইমতোল চীংগী উরুম লৈতবা অয়াংবা চীংথক্তা খোংবু অহু ঈশিং খোরাংশনা য়ানরে, লৌঙ্কী ঈশিংসু লাপথ্রবদা উপায় হেন্দ্রে। অরাম্বা চীংদগী য়েংবদা পলেল মমাংদা চেনবা সেকম্মাই তুরেলগী তুখুপ মতেক থরা ময়াংলঙ্গম নিংথৌকৈনা উবা ফংই। মহাক্না শেঙ্গাও যাত্রা খঙ্গবগী ভমজাবা মহৈগী চাংয়েং তৌগে খল্লদুনা হায়রকই— ময়াম ঐহাক উপায় অমা য়েংগে, ওঝাগী থৌজাল লৈরবদি ওনফম থোকই হায়দুনা অরাম্বদগী ঈশিং অহু য়েংদুনা মন্ত্র শোন্দুনা ঈশিং অহু মতুম তাহল্লগা লাপথ্রবা লমদগী ঈশিং মতুম মন্ত্রগী শক্তিনা পায়রক্লুনা ময়াম মাংদা পুরক্লুনা কোল অমগী মথুংদা হাপ্পুনা ঈশিং অহু য়ামথোকহল্লগা কাংলুপকী মীশিং অহু ঈশিং খোরাংবা কোক্রে।

মতম অমদা মণিপুরগা বৃটিশ সরকারগা লাল শোক্লখিবা খোংজোম লাল হায়না খংনবা অহু বৃটিশনা মাইপাক্লুনা মণিপুর

বৃটিশনা লৌশিনব্রে। মতম খরা লৈবাক নিংথৌ লৈত্রবদা বর সাহেবনা নিংথৌ হাপ্নবা মী থিখি। মণিপুরগী নিংথৌ মচাশিংগী মনুংদা গম্ভীরসিংহগী থারাশিংদি সাহেব 'ঐথোয়দা য়ায়া লানখি অহুনা শ্রীযুৎ মণিপুর পুরন্দর নরসিংহ মহারাজগী থারা থিহুনা নৃপ চুরামনি চুড়াচান্দ সিংহবু চহি ৮ শুরকপদা মণিপুরগী নিংথৌ হাপ্লুনা মৈতৈ লৈবাক শিন্নখি। সায় চুড়াচান্দ সিংহনা নিংথৌ ওইবা মতমদা বর সাহেব অমদি ছোতো সাহেবনা শগোল তোংহুনা খুঙ্গং খুঙ্গং চৎতুনা রায়েল-লৈঙাক্কীদমক যুম ১০০/১০০ গী মনুংদা চৌকিদার অমমম হাপ্লুনা অমদি অচৌ-অচৌবা খুঙ্গংদা পঞ্চায়েট লিংবীহুনা রায়েল-পথাপ শেন্নমই।

ককচিং খুলদি য়েলহৌঙৈদগী নিংথৌ পানবা খুলফম ওইহুনা লাকই। বৃটিশনা লোইচনবা মতম অসিদা ককচিং খুলগী নিংথৌ শেঙ্গাও যাত্রাগী সেবক নাওরেম শাজোনা নিংথৌ ওই। খুঙ্গংগী নিংথৌশিংনা মণিপুরগী শ্রীযুৎ মহারাজদগী পাওতাক লৌহুনা খুঙ্গং শাশন তৌরকই। বর সাহেবনসু খুঙ্গংগী নিংথৌশিংগা রা-তান্দুনা লৈবাক্কী থৌরম শিল্লি। নিংথৌ, সেনাপতি, ফম্নাইবা ময়াম ফমহুনা রায়েল-থৌদানবা জিজ্বনা কুপ্পা পঞ্চায়েট লোইশং শাবী। লাইরিক লাই ও তম্বীনবা নঃ ২৬ শুবা এলঃ পীঃ স্কুল অমা লিংখৎ-পীরমই। ককচিং খুলগী নিংথৌ নাওরেম শাজোবু বর সাহেবনা ইপা নিংথৌ হায়হুনা লুনা-চান্না তৌবী। মতম অয়াম্বদা চৎনবী লৈবাক ঙাকলোনগী রারী কয়া শান্নে। মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌগা খুঙ্গং নিংথৌগা মরী লৈনবনিনা শাজো নিংথৌ সনা কোন্নুংদা তোয়না চৎলি। সনা কোন্নুং চৎপগী থোংফম কয়াদা শাজো নিংথৌগা, বর সাহেবকা হেক-হেক উনহুনা রারী-রাতাই কয়া শান্নে। বর সাহেবকী থমোইদা লৈঙাকলোন নত্তবা রা খরদি কুমহুনা থমই। হায়দোক্কদবসু ইকাইবগুম-হঙ্গোইবগুম তৌই। মোংমদি শোয়দনা রারী শাগে হায়না খন্দুনা লৈ।

শাজো নিংথৌনা সনা কোন্নুং চৎপা খোংফম অমদা নোংমা তান চাবা মতুংগী অমা ওইদুনা বর সাহেবকী বাঙ্গলাদা ফমদুনা রারী শাইরে। —ইপা নিংথৌ, ঐহাক্না অসি নখোয়গী মণিপুর লৈবাক অসিদা মতম খরা লুইনা লৈবাক ঙাকপা পাংদুনা লৈবা তারি। মতাং অসিদা ঐগী য়ুম শংনীদুনা ইত্তেং পাংনবা মুপী অমা থিবনা ফগদ্রা হায়না খল্লি। অদুবু জাতি তিম্মদবনা মীনা করি ঙাংনখিগনি। শাজো নিংথৌনা হায়রকই— লৈবাক অসিদা সাহেবনা পাম্বদি য়াগুবরা? সাহেবনা— অমদি লৈ ইপা নিংথৌ। —কনানো সাহেব, ঐহু মশক অমুক্তা খংগেনা? সাহেবনা— মৈদিঙ্গু চীংলেন লাম্বাবা গুরচান্দ মহারাজগী মজা ইবেম্মা শাপম নিঙোম্মা পোকপী সনাতোম্বী অসি ঐহাক য়ান্না পামই। শাজো নিংথৌনা হায়রকই— সাহেবকী পুক্নিংনা অদু য়ৌনা লেপ্লবদি ঐহাক শোয়দনা শিঙ্গগে। —সাহেবনা ইপা নিংথৌ নংদি করম্না করি হায়রুগনি? শাজোনা— সাহেব, চিন্না হায়গদবা নত্তে, মাগী থমোয় চিংবা ওম্নবা ধর্ম্ম-লাইরা ঐঙোন্দা লৈ, ঐগী রাশি সাহেব থাজো, নোংমা ঐগী য়ুমদা লাকপীয়ু, ঐ শোয়দনা শিন্নগে। —ফরে ইপা নিংথৌ ঐহাক নোংমা ইপা নিংথৌগীদা শোয়দনা লাক্লগে হায়নদুনা মতুমিং অদু বিদায় তৌনরে। শাজো নিংথৌ শগোল তোংদুনা ময়ুম ককচিং পাংলক্লে।

মীওইবগী জীব আত্মাদি অমমম লৈবনা বর সাহেব সনাতোম্বীবু য়াম্না লুনা মুংশিনা চান্না তৌই হায়বসি বর সাহেবকী মিংয়েং-নায়েংদগী সনাতোম্বীনা থংই, অদুবু সনাতোম্বীনদি জাৎতিম্নদবনা অমদি সমাজগী মীনোক কিবনা থোয়না থলুদে। বর সাহেবনদি নোংম-নোংমগী মুংশিবা হেল্লকই। মতম খুদিংদা শাজো নিংথৌনা হায়রম্বা রাহৈশিং নিংশিংদুনত্তা লৈরে, শাজো নিংথৌগী মনাক্তা চংলগে হায়না বর সাহেব চপ চানা খনম্রে।

শকাব্দ ১৮১৪ মেরা থাগী ১৪ নি পানবা য়ুমশকৈশা হুমিৎকী অয়ুক পুং মরিরোম তাবদগী বর সাহেব হৌগৎলদুনা অয়ুকী মথৌ লোইখোক্লগা শগোল তোংদুনা ককচিং মায়কৈ পাংলক্লে। মতম অহু নোংস্থ য়াম্না চুহুনা ঈশিং য়াম্না চাওবা মতম ওই। হুমিৎ অহুগী অয়ুক হুমিৎ রাতোল লোম্বগী অহুরাইদা বর সাহেব ককচিং শাজো নিংথৌগী য়ুমদা থুংলরে। বর সাহেব উবদা শাজো নিংথৌনা অঙাংশিংবু চৌকি পুথোকহন্দুনা বর সাহেব চৌকিদা ফমহল্লি। —সাহেবনা অঙনবা অয়ুকসিদা চংলকপবু কদাযদা করি থবক চৎলুবদগীনো? —বর সাহেবনা অতৈ থবক থোন্নয়না লৈতে ইপা নিংথৌ উননিংদুনা লাকপনি। নোংমঃ ঐগী বাঙ্গলাদা ইপা ইচা শান্নথিবা বারী ইপা নিংথৌনা সনাতোম্বৰু ঐগী ওইহনগনি হায়খিবা অহুগী মরমদা লাকপনি। হৌজিক ঐহাক সনাতোম্বী পাম্বা অসি অস্থম অস্থম হেনজিল্লক্লে অহনা ইপা নিংথৌনা মন্ত্র শোনবীগনি হায়বহু শোনবীরো হায়দুনা লাকপনি। শাজো নিংথৌনা নোক্লদুনা — ফরে সাহেব, নংগী পুকচেল্লা অহু য়েৌনা লেপ্প্রবাননা ঐগী ইথৌ তৌরগে। সাহেব ঙাইহাক্তা ফম্বীখো৹ অঙাংশিংদা পুজাগী পোৎলম লাংহন্নগে। ইশা অসিস্থ ইরু-মাইথজদুনা অমুক্তা শেংদোকখিগে হায়দুনা শাজো নিংথৌনা মচা-মমৌশিংদা পুজাগী পোৎলম লাং- হল্লে। শাজো নিংথৌস্থ ইরু-মাইথজদুনা মশা শেংদোক্লে। শুমাং তুলশীবুংদা রাই তৈথোক্লুনা৹ পোৎলম শেমলিঙৈদা বর সাহেব য়েংদুনা হায়রক্কই— সাহেব ঐ পোৎ শেমজিল্লমগে, মমাংদা লৈহাও পাম্বী মচা অমা হৌরিবা অসিদগী লৈহাও মকোক্তা মনা অমা য়াওহনবা সাহেবকী পুক্লিংনা পাম্বা লৈহাও অমা হেক্লগা ঐঙোন্দা পীয়ু। সাহেব থরায় য়াওনা চৎতুনা লৈহাও পাম্বীদগী মশানা পামজবা লৈহাও মনা য়াওবা অমা হেক্লক্লনা শাজো নিংথৌদা শিন্নরে। শাজো নিংথৌ লৈহাও অহু জোরগা যতন তৌনা পুজা

য়াওহল্লে। শাজৌ নিংথৌ মাগী ওঝাদা থরায় য়াওনা তয়জবা ধর্ম্ম নিয়ম কায়দনা হোৎপ্লে, পুজা য়াওরুরবা লৈহাও অহু পায়ত্নুনা ধর্ম্ম-মন্ত্র শোন্দুনা শুনগৎলি, লৈহাও অহু নোংলৈ-নুংশিৎনরা নত্রগা মন্ত্রগী শক্তিনরা লৈহাও অহু লৈবাক্তা তারকখিদ্রে অঙকপা থৌদোক অহু উবদা বর সাহেব থাজবা পোকখি। মন্ত্রগী শক্তিনা লৈহাও অহু তারকত্রে। লৈহাও অহু অরাং পাংনা পাইখিত্নুনা সনাতোম্বীগী ফি-শাফমদা লংচাক চাক্লুনা লৈরিবৈদা মাগী তম্পাক্তা লৈহাও অহু তারুরে। সনাতোম্বীনা কদায়দগী লৈহাওনো, ফজত্রেদা হায়না মথুৎনা পায়ত্নুনা মনম নমলুরে। লৈহাও মনম হেক ফংবদগী সনাতোম্বীদো বর সাহেবপু নুংশিবনা অমসুং বর সাহেবকী মনাক্তা চৎনিংবনা মশা অহু মথুম-মরাং হোত্রে। সনাতোম্বী হৌগৎতুনা চেনখ্রে, বর সাহেবকী বাঙ্গলা চংখিবদা বর সাহেব লৈরমদ্রে। মনাইশিং মপান্দা লোয়না থোকহল্লে অহুগা সাহেব লাকপা তাক্রকউ, অতৈ কনাগুম্বা লাকপদা মী অমতা লৈতে খুমউ হায়রগ্নগা থোং লোন্দুনা সনাতোম্বী ইমুংদা লৈখ্রে। পুম্নমক অহু শিদ্ধগী মতেংদগী থাজবা য়াবা শাক্তি থরা ফংবদগী শাজৌ নিংথৌনা হায়রকই— সাহেব, হৌজিক্তি থুনা বাঙ্গলা য়োনবা হোৎনরো, সনাতোম্বী সাহেবকী জগাদা য়ৌখ্রে। শাজৌগী রা তারবদা বর সাহেবনা, তাংলবা ফৌ শংবাইদা পৈশা মরি অনা পীরিবৈদা লুপা ২০ পীরমই। সাহেবনা হায়রমই— ইপা নিংথৌ, থবক্রবু মঙ্গল ওইরবদি অসিদা নত্তে য়াম্না হাপখিনি হায়রগ্নগা সাহেব শগোল তোংত্নুনা ইম্ফাল য়োনবা থৌখি। বর সাহেবনা মাগী বাঙ্গলাদা চংলকপদা মনাইশিংনা থোং হাংউ ইবেম্মা হায়বদা সাহেবকী মখোল তাদ্রিমখৈ থোং হাংলোই হায়রবদা সাহেবনা সনাতোম্বী ঐনি, ঐ ককচিংদা চৎলুবনি। অশ্লেংবা সাহেবকী খোল তারবদা সনাতোম্বীনা থোং হাংত্নুনা সাহেবকা উন্নখি। মুমিৎ অহুদগী সনাতোম্বী বর সাহেব ওংবী ওইখি।

নাওরৈপাংতা শকাব্দ ১৮৫১ শজিবু থাগী ৬ নিপানবা ইরাই মুমিত্তগী মুমিৎ মরিনি চুপ্পা কৈবল শাত্নুনা, কৈচনবগী অচৌবা থৌরম অমা থোকখি। মহুদা শরুক য়াবা খুলশিংদি মরুওইনা— ককচিং, ককচিংগী অকোইবদা লৈবা খুঙ্গংশিং শাপম, খোংজোম, পাপাল, তেকচম তেন্থা, মাস্তক, কৈরক, রাবগাই, হিয়াংলম, সেকমাইজিন, ময়েং লমজাও, লাংমৈদোংদগী ককচিং খুনৌ ফাওবনি। মতম অহুগী চংনবা নিয়ম শা-লাল থোক্লবদি মৈহুম মোরোক চেনবা হায়বা অমা চংনৈ। ককচিং খুলগী নিংথৌ য়াথং পুরগা শগোল তোংবা নিপা ২/৩ না খুল খুল চংতুনা খুলহুগী থৌবুরেল ওইবশিংগী মমুমদা মৈহুম মোরোক অহু উত্তুনা, ককচিং নাওরৈপাংতা কৈবল চল্লে, মসিদা শরুক য়াবীয়ু হায়রুবনি। মৈহুম মোরোক অহু ফংবগা শিঙেল থৌপুবা নিপাত্নুনা মী থাত্নুনা পাও চেল্লগা কৈবল চনবা মফমদা প্রজা থানরকই। মসি মথক্কী খুঙ্গং ময়াম অসি শগোল পাওনা মৈহুম মোরোক চেনত্নুনা থৌবাল, ময়াং ইম্ফাল য়ৌনা চেন্নখি। অসিগুম্বা কৈচনবা আসবু নাওরৈপাং কৈচনবা হায়না থংনরি। মতম অহু ককচিংদা নাওরেম শাজৌ লৈখিদ্রবদা নাওরেম থানিননা নিংথৌ ওইরে। ককচিং নিংথৌ ফম্নাইবশিং তান্নত্নুনা সনা কোম্নুং পাও চংতুনা শ্রীযুংতা হঙ্গংলুই। কৈবাও ফংবগা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মজা ইবুংঙো যুবরাজ বোধচন্দ্র অনি মনাই মশল কয়াগা লোয়ননা ককচিং নাওরৈপাংতা য়ৌবীরকই। শ্রীযুৎ য়োরকত্রিউৈদা প্রজা মীয়াম্না কৈ হেনখিদনরা কৈবল শাবা লোইখ্রে। শ্রীযুংকী সনা য়াথং, নোংচুপ থংবা পনথোং ময়াদা শগাই বাংনা শাত্নুনা শ্রীযুং মজা ইবুংঙো মনাইশিং নোংমৈ খুত্তা পায়ত্নুনা চেকশিন্না সনা মীংয়েং তাত্নুনা শগাইদা ফমখ্রে। শ্রীযুৎ সনা য়াথং লাওরকই— প্রজাশা, এনা লাকপদগী অহিং অমা, মুংথিল অমা হৌখ্রে, কৈ লৈ লৈতে হায়বা অরেপ্পা থংবা উমখ্রে।

করি ঊপায় তৌসিগে, থৌরা কবা চোংথোরকই কৈবল চংহুনা অরেম্না অমত্তং থংলোকসি। শ্রীযুৎ রাখং তারবদা মীয়াম থৈ, কৈবল মচুং চংবা অসি অরাইবা থবক ওইদে, মীওইবগী য়েরুবা থিক হায়বনি। মসিদা মথৌনা মগ্নিংজেল লৈতবা মীনা চবা য়াবা নত্তে। মতম অহুদা কৈবল চংবগী থৌনা লৈবা মীওই অনি লৈ। মথা লৈকাইদা ক্ষেত্রিময়ুম তোম্বা যাত্রা, মোইরাংথেম লৈকাইদা নিংথৌ যাত্রাগী মনাও মোইরাংথেম চুড়া ঈশৈহনবা অনি অসি থোকই। মোইরাংথেম চুড়া সনা মাংদা কৈবল চংগে চোংথোরক্লে, চুড়া চোংথোকপদা তোম্বা যাত্রাদিপ্পনবাল কালাহু ঐ ভাইগী তুং ইনগনি চোংথোরুকই, নাওয়েম নেত্রসিং চোংথোকলকই, মহা ওইনা চুড়ানা পোকপা রাইরিতাবা ইপাগী তুং ইনগনি হায়হুনা নোংমাইজিংগী মুংথিলদা কৈবল চংই। শ্রীযুৎকী শগাই মপাদগী নোংপোক পাংনা চংথিবনা তুরেল তোর্ব্বালগী অশোংবা কয়া নমহুনা থিরগা, অবাং পানথোংলোমদা অমুক লাকপনা হারগী ছোকমদা থুংখি। কৈ লৈবগী থুক্কম কংত্রবদা নিংথৌনা কমদৌসিগে খররকই। মতম অহুদা শেক্লাও যাত্রাগী সেবক তুরেল রাংমদা লৈবা ক্ষেত্রিময়ুম কোইরেং মীয়াম্না শিকপা হায়না খংনবা অহল অহুনা মাগী ওবা শেক্লাওদগী তম্বা থুংলৌ ছোংতুনা অরেম্না খংবা য়াবা ধর্ম্ম অহু শ্যামহুনা ছোংতুনা য়েংবদা কৈ লৈরি হায়বা খংখি। কোইরেং শিকপানা শ্রীযুৎতা হঙ্গংচৈ— শ্রীযুৎ ইবুংঙো পলমুংবা কৈ লৈরি, মনাইশিংনা কৈবল চংবদা শাথুপ হৈবা কৈ ওইবনা তোর্ব্বাল কিন্থখিবা মরুমদা উহন্দনা থুপখিবননি ছৌজিকমক পলামুংদা কৈ লৈরি। কৈ অসি ওসি অহিং নোংয়াই মতমদা হৌরককলৌরি। নোংচুপ খংবা শ্রীযুৎনা লৈকীরিবা মাইকৈ অসিদা পল জারবা হোংনরকনি। মতুদা কৈ নাথোকপ্রবদি অমুকহন্না কৈ থিবা খংলরোই, কৈ পল অসিবু লানহন্দবা ওয়বসি শ্রীযুৎ সনা থুম্বা কৈ

থবায় থাগদি। শিজপাগী রাইহ। তারবদা শ্রীযুৎ ইবুংতোম্বা প্রজা পুন্নমক কৈ নাক্লাকহনবা য়াদে। কৈ হেনলহনখিবা মাইকৈগী প্রজা অমু দগি পীগনি। চেকশিনো হায়না তাকপীরবদা প্রজা খুদিং চেকশিন্নরে। নুমিৎ তাত্রিঙৈদা চাক ঈশিং থৌরাং লোইনরে।

নাওরৈপাংতা শাঁরিবা কৈকী পল অসি লৌ পরি হেন্না চাওনা কোইরনি। পলগী অকোইবা পলথোংদা মাগী মগী মশা কনবা য়াবা খুংলাই পান্নবা খুজা কুম্বারোমগী প্রজা মীয়াম্না কোইকনি, মহুগী মথক্তা ককচিং খুজাওদি খুলপুক হৌনা থোকপনি মহুনা অকোইবা পলথোং অহুদি মীনা চীক্লা-চাইনা গুম্লদে ইম্ফালদগী থৌবাল, ককচিং কাঙবদা লৈবা পেট্রোমেক্স, হাপলেন্দ ময়াং ইম্ফালোম্নদগী গুকনাগী লানহেন, উতোং মৈমম, উচান মৈরা নুমিদাংগী মতমদদি লৌচল আংবা অতিয়াদা থবাম্নীচাক ময়ামগী মতৌগুম অরাপ্পদগী য়েংবদা কজনা উই। নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিদাংদগী পলগী অকোইবদা চৈ চেনবা থৌরম অমা পাংথোকপা হোই। নুমিৎ তাবগা মীয়াম পুক্লথোংদা কমহুনা চৈ মকক তক্লামক্লম চেনবা হোই। চৈ চেনবা অসি মী তুম্নদনবা নিংথৌগী অরুম্বা য়াথংগা লোইননা চৈ অমা চংখিবা মতুং তুমনিংগে তৌরদা চৈ অমা থুংবা অমুম্না অকোইবা অহুদা চৈ তরামা চেন্নবদা মীয়াম অমতা তুম্বা নংনদে। মী খুদিংমক গুনা চৈ লামহুনা তুমদনবা হোংখনৈ। অমুম লৈরকাপনা লোংবাই মতুং লৈথক্লকপা তাঙাম্বা কোইরেং শিজপাজা হাম্নবা মতম ইকাই কাইদনা কৈ হৌরকই। শ্রীযুৎনা ফমলিবা শগাই কারক্লদা কৈ লামদ্রে তৌবদা শ্রীযুৎনা মোংতৈম অনিরুদ্ধ কাপখি। কৈ অমু চোথহুনা পলথুংদা চংখি। নোং জাল্লগা মীয়াম্না য়েংবা নোংতৈনা পাক্লখিবা অমদি ঐ পরেং তাবা উনখি। শ্রীযুৎনা মনা য়াথং তাকখিদে। হয়েংদি তংনবা নুমিৎ ওইরনা মক্লক কৈ ওসি ক্লানমু তৌখি হায়হনা অয়ুক্তগী থৌরাং তৌনখি। তরাং তৈকল

চংখিবা থৌনা ফবা মীওইশিং শাগী খাগী মখুৎ চাবা খুংলাই পায়ন-হনা শ্রীযুৎ কৈবল অমুং চৎলকই। খোইমা খিল্লকপদা তুরেল খোংথান ঈশিং চাওখিবগী লৈরাই কিইখিবা অদগী মচিদা কৈ কুন্দুনা লৈবা উবদগী শ্রীযুৎনা নোংমৈ অহুমলক কাপ্পনা কৈ অহু ফাখি।

মতম অমদা শেঙ্গাও যাত্রাগী মুগী কমেং নিঙোন পেমতোম্না পোকপা কোকচাও কৌবা নিপা অমা লৈরম্মী। কোকচাও মশা মউ চুং-ফিরাল চাই, মকোক খরা চাওনা উই হায়হনা কোকচাও কৌই। মাবু পোকপা পম্থৌদগী লাইরবা-তিনরা মমামবা থেংনবদা পায়গদবা খুৎপাই কয়া তমজখি। কোকচাও পাথং ওইরিঙৈদা কবো লৈবাক্তা চৎখি, অমুকহন্না ককচিং অমদি কমেংদা ইল্লকখিদ্রে। কবো তোইনা চৎপা ককচিংগী মীওইশিংনা কোকচাওবু শমজোক্তা থেংনৈ হায়না তমই। কোকচাওগী মরমদা অস্তুন্না রারী লিবী।

নোংময় কবো লেবাক্তা খাঙ্গিদগী মন অমা লাক্লনা শমজোক নিংথৌদা হায়, মন থেংনগে হায়বদা শমজোক নিংথৌনা কবোগী মন খোমহনা শমজোক কোনুংদা থেংনহনখি। কবোগী মন খুদিংমক খাঙ্গীগী মনা শুমখ্রবদা কোকচাওনা হায়রে। শমজোক নিংথৌ ইবুংঙো এহাক কবোমক্তা নত্তে মতম ফনা য়াম্না কুইনদি লৈরক্রে। ঐগী মন থেংনবা য়াওজবা ঙাগজা? শমজোক নিংথৌনা য়াই তাকপীবদগী কোকচাও অশাদা থাও হৈতহনা থোক্কখ্রে। খাগী মনকা থেংনহন্না খুৎপাই চেংনা পায়নহনা ইরকলে। কোকচাওনা খোংকম মরকাইনা ফেংহনা, থকী শোইদনবা হোৎনরগা অদা মখোয়না কৈনা হাইহনা খাগী মন লোংনা তাকি। কোকচাওনা খাগী মনগী মথক্তা কমহনা লোংহন্নবা হোৎনহনা য়াই পাকখি। শমজোক নিংথৌনা মনা-মথুম পীহনা লুনা তৌখিহনা শমজোক কোনুংদা থমখি হায়রী।

শেগ্গাও যাত্রানা লৈখিজবা চহি ২০ লোমে শুগ্রবা মতমনি। শকাব্দ ১৮৫০ দা কুম্বী অঙোৌনা চৈথাবা কুম শক্তিবু ২৮ নি পাম্নবা য়ুমশকৈশা মুমিংতা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ চূড়াচান্দ সিংহ কোয়্যাখোংদা ঙা চাবা লেংই। শ্রীযুৎনা কোয়্যাখোং লেংগনি তাবদা মজা ইবুংঙো, ইবেম্মশিংসু য়াওজগে হায়বদা শ্রীযুৎনা পুবিখি। অঙাং-হুবী য়াওবা খোংকম অমা ওইবনা অরুল-অথৌ সিফাই কয়া য়াওনবা য়াথং পীখি। মফুং শেনবা মনাইশিংনা কোকচাই শামুশংদগী শামু অহুম সেকমাইজিন্দা ঙাইয়মবা পাও থাগ্রে। সেকমাইজিন হঙ্গুন চাওবীদা শ্রীযুৎ লেংলকনি হায়বগী ময়ম খংহনগ্রে। হঙ্গুন চাওবীনা খুললোমবা উচিবা, ময়াং ইম্ফালনচিংবা নিংথৌ থনবা নিংথৌ মনাইশিং লোইনা পাও থাগ্রে। হঙ্গুন চাওবীনা ইথাইদগী সেকমাইজিন ফাওবদা তুরেল অচৌবদা থাংবা অচৌবা হি কয়া খোমহুনা থাবক লাক্লুনা থমখি। শ্রীযুৎ লেংলকদবা মুমিংকী অয়ুক্কগী মীয়াম তিন্দুনা লৈগ্রে। সনা কোনুংদসু শ্রীযুৎ মনাইশিংনা মী ৩০/৪০ গী চানবা, থম্নবা তির্পান, মখোং, কোল, থুম-থাও, হয়াই-চেংয়াই মতিক চানা খোয়াং 'ভোহনা শ্রীযুৎকী চার সেলেন্দর বস মচা অহুদা হায়গা খোয়াং পুম্নমক লোইগ্রে। শ্রীযুৎ লেংলকনি হায়বগী য়েংনিংহুনা মুপী অঙাং করাসু শোয়োক মতাই তুরেল খোংবান্দা ঙাইহুনা লৈনগ্রে। য়ুমশকৈশা মুমিংকী অয়ুক পুং ৮ লোম তাবদা শ্রীযুৎ সেকমাইজিন্দা য়ৌথিরকখি। শ্রীযুৎ থুংবগা হঙ্গুন চাওবীনা শ্রীযুৎ ঙাইহাকসং পোথানবা তুরেল খোংবান তিংথৌ মথক্তা শেম শাহুনা থমগ্রে। মফম অদুদা শ্রীযুৎ লেংশিন্দুনা মজা ইবুংঙো ইবেম্মশিংগা ফমহুনা পোথাগ্রে। শ্রীযুৎকী পাড়ীদা য়াওবা পোৎ ময়াম অদু প্রজা ময়াম চংহুনা হোল্লি। পোৎশিং অদু থাবক লাক্লগা থমলিবা হিন্দা হাল্লি। মতম অদুদা কোকচাইদগী মেয়া যাত্রানা ভকাদার শাহনা লাংলি। পোৎ

পুঙ্গরিবা মী অহুদা থরা থুনা চঙলু খোরি। মেরা যাত্রানা কোইনা য়েংবদা শোয়োক্লা ফমহুনা মীয়ম মমাংদা মপাঙ্গল কনগদৌবা মীওই থরা ঊবা ফংই। মহু য়েংহুনা লাওরকই। (মেরা যাত্রা হায়বা নিপা অসি কোকচাইদগীনি মতম অহুগী সনা কোঙ্গুংদা যাত্রা ওইরিবা ইম্ফালদগী হায়থরকপনা বাঙ্গোই, ময়াং ইম্ফাল, সেকমাইজিন ফাওবদা মনম লৈবাক তাত্রিবা যাত্রানি। মরম অহুনা অকল-অখোশিংদা চন্দুনা শ্রীযুৎনা থম্বনি।) খোংখোং ময়াদা ফম্লিবা পাঙ্গল চাওবা নিপা নখোয়বু করি য়েংলি? অশোনবা মীওই কয়ানা শ্রীযুৎকী পোৎ হোল্লিবসি নখোয় উব্রা? লাওনে পোৎ হোনবা য়াওরো লাওনে। মেয়ানা মিং য়েংলগা হায়রিবা মফম অহুদা— (ককচিং রাইরিদগী মীতোং যাত্রা মমাঙবা অনিগা ঊচিরাদা যণ য়েংলুবগী হল্লকপদা শ্রীযুৎ লেংলকপা য়েংহুনা লৈ।) মীতোংনা থুম্লকই— ইচিল-ইনাওবু ঐখোয়না য়েংবদা পোৎসু পংয়াম য়ামত্রে অদোম্না শিল-লাংহুম্না অহুম লোইশিনবীরো। মীতোংগী পাওথুম অহুদা মেরা যাত্রা অশাওবা অমা পোকই। হায় নিপা নং ঐবু থংত্রা? মেরা যাত্রানা হায়বদা চিহ্নক্লা অরোননা থুমগদবা মী থোয়না পোল্লমখিরোই। ঐ অসি কোম্বুংগী যাত্রা নম লৈবাক তাত্রিবা কোকচাই মেরা যাত্রা হায়বহুনি। নং ঐবু থংত্রমাল্লিনে? অদোমগী বাহৈহ নিংথৌ থল্লি হায়হুনা ইঙুং-ইমাম্বদা হায়-হুম, নং-[illegible] হায়না তাকপীবসিদি থৌগল্লোন ব্যবাহার থোক্কে। ঐদি ম[illegible] লৈবা মীহু নত্তে অদোম্না যাত্রা শাম্বা ঐ ঊহৌদে ঐনা শাম্নখিবহু অদোম ঊরম্লোই। (অনিনা ভাংনম্লিবা অসি নিংথৌগী মনা কল্লাংদা থেত্রবম্ব হকথেংননা তারে শ্রীযুৎনা থল্লি, নিপা অসি অরাইবা ওইরম্লোই। অনিগী কুম্নে অসি য়েংনিংঙিদা থল্লি।) পাওথুম অহুদা মেরা শাওবা থেংজে। করে নিপা অহুদি নংহু নশা নউ য়াম্না কনা ঊই। ঐনা যাত্রা শাম্নখিবা ঊহৌদে হাঙ্গরবনিনা

যাত্রা শাৱবা তাকপা তাৱে নক্কি শেমগউ। নিংথৌ সনা মাংশিদা
ঐখোয় অনি মুক্তা কোম্বা তারে। মীতোং মপা-মপু হাক্তনঙী
মায় লৈতনা চেল্লক্কবা মীনি। খুম্নকই ঐ মুক্তাদি মীতোঙা হৌজক্লোই।
থাবা তুবা মীওইপোক্কী লাইবক্কি তুং কাওরক্কি ইন্নগে। করে
হায়রক্না অনি সনা মাংদা মক্কি শেম্মরে। ইমুম চাওবীনা শিন্দুনা
সনা মাংলা মক্কি শায়নহল্লে। অনিহু কোকতোন খোইনা হেন্নমে।
নোই-পেনবা মেরানা থজিক হেক্লি। অতুবু মীতোংনু লু চাওই।
মুক্তা হৈবা মশেন্দি ফি পীনহনা ফিভম শেম্মরবা মতমদা থংলৈ।
ফি পারনবদগী নিপা অসি মুক্তা শান্নবনি হায়বা মেরানা থংথি।
মমাংদা মশানা থাক্লাও ভাংলুমবনিনা অভাইবা শান্নগদবা মেরা
ইকাইরে। মতম খুদিংদা মী অনি মুক্তা কোম্নরবদি থাবা তুবা
য়াওবা তাবনি। মেরাগীনু ৈহনবী লৌ অমা লৈ খুদোং চিংবগী
লৌদা খুদোন অনিদং কান্নবদি শামু লাওবা মেরানা থাগনি হায়-
রিবনি। লোংথ্রৌ য়েংপা কংথ্রবদি মুক্তাহু মেরাগী ওইরে থংনরিবনি।
ভাইছাক মাগী মাগী ফিভম শিন্নরে। মেরানা খোংকম থিন্দুনা
লেং হিকথরগা য়েংকী লোংথ্রৌ চনখ্রে। মীতোং খর চনিংদা
পুথরগা য়েংখ্রিবা লোংথ্রৌ অসি মতম কুইরবদি মানা লাকচথিবা
মাই হায়দুনা মীতোংনা মেরা থাক্নখ্রে। অথুবা মতমদা লোংথ্রৌ
কম্থোক্লগা ফৈনা হায়দুনা য়েংকী খুদোংনা সনা মাংদা মেরাবু
মীতোংনা নমদুনা মুক্তা থাখ্রে। মমাঙবা অমনা মুক্তা থাব্রবদি
তোক্লো তুমিন্না মরৈরোদনা মেরা হৌপংলগা লৈনমদবগী থংনবা
হৌরকই। মহু উবদা শ্রীযুংনা মেরা ভাইখো পনিপা অহু ঐ ক্লা
হংগে। হায়দুনা থান্নগা শ্রীযুংনা মীতোংদা হন্নবীরকই। নিপা
নং কদায়দগীনো? অহল-লমম কমানো? করিগীমরক অকম অসিনা
লৈরিব্রিবনো? সনা য়াথং ভাগ্নবদা মীতোংনা খুমক্লে। শ্রীযুং
ইবুংঙো অনাই ঐহাক ককচিং খুজাও বারীমিলনি। নমাই ঐগী

মিংদি. মীতোং কৌই। কুমশিগী লৌউ-শিংউনবা ষণ মচা অমতং কৈরুগ হায়হুনা উচিরাগ্রা য়েংজরুবদগী হুরকপদা শ্রীযুৎ লেংলকপা য়েংজয়রনি।. ননাইবু পোকপদি ময়াংলম্বম শেল্লাও যাত্রা কৌই। মীতোংগী বাহে ডাবদা শ্রীযুৎ থমোইদা মুংনাংবা পোকই। মমাংগী রাক্ম থরা নিংশিংলকই। মমাংদা পানখিবা নিংথৌরোল কয়ানা শেল্লাও মহে হৈ মমিংনা উগ্রবা, মনানা মখোল তাগ্রবা শেল লৌবা ওমই হায়বদা ঐনা থাজদহুনা চাং য়েংবদা লাইনা লৌখিবা ইথৌ স্নাথ্য। চন্দ্রকির্ত্তিনা মণিপুর চীং-তম অনিগী যাত্রানি হায়না লাও-থোকখিবনি। শেল্লাওনা শিত্রিবা কাওবা পোথাং শত্রি কোকখিবা। ঐগা য়াম্মুং স্নাধ্যা রাজা চুম্ব্রাসিংগা শুগ্র রাংবরেল খুরুম্বা চৎতৈদা শকাব্দ ১৮২৬ কালেনগী ১৪ নি পানবা ইরাই মুমিং, মতম নত্তনা ঐডোন্দা শারেং পীজবা ঙমখিবা। শিরুবদগী ইরুম নিংথৌনা কনখিবা অহল অমনি। মেরা নিপা অহু থৎনবা হৌরুগন্ন নংনা লাকচবা য়ারোইদবা নিপানি। থৎনগদবা শরুক নখোয় অনি মরুপ শাগ্নৌ হায়হুনা মকপ শাম্নহনখি। শ্রীযুৎনা মখোয় অনিদা লুপা অমমম মনা পীখি।

মকম অহুদা থৌরাং তৌরম্বা শামু তোংহুনা শ্রীযুৎ মজা ইবুংঙোশিংগা খোংবান্দা চৎলি, থরনা হি তোংলগা চৎতুনা কোম্না-খোং সোইদা পোথাহুনা ঙা চাবগী থৌরম পাংথোকখি। খোংফম অহুদা শামুগী চানবা রাৎলকপদগী অমদি থুঙ্গং প্রজাগী অরাৎ-অপা য়েংনিংহুনা হি তোংহুনা শ্রীযুৎ ইথাই য়োনবা লেংই। তুরেল খোংবান্দা লফু য়ান্না ফবা ইখোল অচৌবা অমা থেংনৈ। শ্রীযুৎনা কাখৎতুনা য়েংবদা ইমুংগী নিপা অহু শ্রীযুৎকা লেজ্জা ওইনা তৌই। চৎমিন্নবা মনাইশিংদা নিপা অহুগী মমিং হংই। মনাইশিংনা ঐজ্জা চাওবা কৌই হায়বদগী শ্রীযুৎ লেংশিন্দুনা ইত্রাও চাওবা হায়না কৌবীরকই। চাওবনা শ্রীযুৎপু খংলহুনা ভক্তি তৌহুনা খুরুমজে।

ননাই ঐখোয় ইথাইদা লেংবীর্রকপবু করি অরুবা রাকম লৈবীবনো ? শ্রীযুৎনা খোইনা লুবা নস্তেদা ঐগী হন্দক কোম্নাখোং খোংচৎ অসিদা শামু থরা য়াওরকই। ঐখোয়দি চাক পুক থম্না চাবা ফংলে০ শামুদি মবুক থস্ত্রে অহুনা ইতাওগী লফু থাব্রমগনি থরা নিরুশি ছায়হুনা লাকপনি। শ্রীযুৎকী রাঙাং তাবদা চাওবনী মুমিং কয়ানিগীনো ওরুনবা ননাইশিং য়ালহনবীয়ু ছায়হুনা হঙংচৈ। শামুগী চাবা ওরুবা লফু য়ান্দুনা পুথি। মতুংদদি ইথাই চাওবদো ঐদি নিংথৌগা ইতাও শাম্রবনি হায়হুনা রাঙাং খুদিংগী পনখি।

---

## তাকপীরকপশিং

অহানবগী পারা শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজনা রাইথোদা ঙা চাবা হায়বা অসি ঐনা শেঙ্গাও যাত্রা অহানবা ফোংলধা মতুংদা নোংমখক পুথ্রম্বম ইবোতোন কৌবা নিপা অসিনা ঐবু কৌরগা ককচিং বাজারদা হায়বী— প্রেমানন্দ নংনা শেঙ্গাও যাত্রাগী মরমদা ফোংলকপা লাইরিক অহু তঙাংশিংনা পাবা তাবদা য়াম্না নুংঙাই। লাইরিক অহু লোইরব্রা নত্রগা মথং লৈরিব্রা? মথং অমুক ইজরি লাইরিক অসি ঐনা শেল লৈজদবনা শরুক অহুম থোক্লা ফোংজগনি খুমজৈ। অহু ওইরবদি ইবো নোংমা মুমিদাং অমা ঐগীদা লাকউ। নঙোন্দা কান্নগদবা মতাং অমা লৈরে। রারী অসি ঐবু পোকপা পুথ্রম্বম চেক্লা হায়বা অহুনা লিবীরম্বনি। "চেক্লা হায়বা অহুল অহু শেঙ্গাও যাত্রাগী অথম্নবা সেবকশিংগী মমুংদা অমনি।" ঐহাক নোংমা মুমিদাং পুথ্রম্বম খুরা ইবোতোনগীদা চংচক্কই। খুরানা তাকপীরকই— মুমিং থাদি অরেপ্পা থংদে। শ্রীযুৎ কুলচন্দ্রনা পানবা মতমদা রাইথোদা ঙা চাবা চংপগী খোংকমদা মাইবা অহুম মহৈ তান্নখিবা রারীসি লিবীরমই। মুমিং থবান অহুদি ঐহাক্লা চৈথারোল কুম্বাবা য়েংজরগা শকাঙ্দে, মুমিং, থাবান অসি খেংনহুনা ইজবনি।

শেঙ্গাও মন্ত্রনা লুপা লোবা কায়বা পারা অসি গোস্তিমমুম গোপাল শর্মনা খোঙ্খবা পাবুং বীরহরি শর্মনা ঐজা পুরেম্বা লিবীরবা রারীনি হায়হুনা ঐঙোম্বা লিবীরম্বনি।"

শেঙ্গাও কবোদা ঙা খিবা হায়বা অসি এনা অঙাং ওইরিঙৈ ইবুবোঙ্গী মতুং ইন্দুনা চৎলিঙৈদা ককচিং কৈথেলগী নোংচুপ তোর্বান্দা অচৌবা খোংনাং তরুং অমা হৌরম্মী। হৌজিক খল্লুবদা লম কদাইদা লৈরবনো হায়নিংই। খোংনাং মখোংগী লম্পাক অহুদা মোইরাংথেম লৈকাইগী অঙাংশিং কাংজৈ শান্নরম্মী। হৌজিক্তি খুবীমুক পাকপা লম উবা ফংদ্রে। হায়রিবা খোংনাং মখোং অহুগী তিংথৌ লম্পাক্তা শেঙ্গাওদা খনবা সেবক মোইরাংথেম কৈস্থাপা, মোইরাংথেম অঙাং, মোইরাংথেম নিংথৌজাও খোনশি, ক্ষেত্রিময়ুম কুংনাং খোম্বা, ময়াংলম্বম মদনসিং থুম্বিং খুদিংগী থুমিদাংবাই কৈথেল খোল্লগা কমকম ওই। মীওইশিং অসিদগী ইবুবোঙ্গা নাওরোল অমগী নহা ওই। ইবুবোক্তি নোংমগী মীকম অহুম য়াওই। হায়বদি ককচিং কৈথেলগী অবাং নোংপোক্তা হৈনৌজোম পাম্বী অমা হৌরম্মী। হৈপাল অহু নোং তাবদা মী কুন্থ্রা হেন্না চোংহন্দনা মনাশিং অহুনা কনবা ঙমই। হৈপাল অহুগী মখোং তিংথৌ লম্পাক্তা খুনয়াই লৈকাইদগী য়াইরি মংখা ফাওবগী অহল শেঙ্গাও যাত্রাগী সেবক মথৈ থুমিদাংবাই কমফম্বি। মীওইশিং অহুদি— মোইরাংথেম খম্বা, ময়াংলম্বম জয়চন্দ্র, সলাম জীলাপা, ময়াংলম্বম নিংথৌকৈ, নাওরেম শেঙ্গোই য়াইমা, নাওরেম তোম্বশদা, পুখ্রম্বম চেক্লা, ময়াংলম্বম খম্বনচিংবা অহল কয়ানি। খা থংবা হৈক্রু মখোং তিংথৌ লম্পাক্তা লানজিংবা (ক্ষেত্রিময়ুম চাওবা) উরাওবম পুংলোন, খোকচোম শাজৌ, মোইরাংথেম মনিক, সম্বিনবম চাওবা, ক্ষেত্রিময়ুম কোইরেং তুরেল বাংমা, য়েংখোম নঙ্গোনচিংবা অহল কয়ানি। মসিদা মকম অহুম শুনা চৎপা মোইরাংথেম চুড়া ইবুবোঙ্গী তুং ইন্দুনা মকম অহুমগী য়ারী থুমিং খুদিংগী তাবা ফংই। মহুদা নোংচুপ তোর্বানগী তরুং মখোংদা কম্বা খোংকম অহুগী কবো চৎপা খোংথু ওইনা য়াওজবা মোইরাংথেম কৈস্থাপা মাইবা ইবুবোঙ্গা লিবীমদগী খংজবা য়ারীনি।

শেঙ্গাও অহানবা শিবা হায়রবা পাল্লা অসিমদি শেঙ্গাও মশা-মকপু সনামহি তেন কাপথিবা থাইদেম তোঙ্গাও হায়বা লৈখিরবা অহল অহুগী মচানিপা থাইদেম কাকলৈ কৌবা নিপা অমা ঐগা ইতাও শাথৈ। ইতাও কাকলৈ রাবগাইগী চৌকিদারনি। মহাক পুলিস ওফিশতা মতম খুদিং হাজিরা ওই। পুলিসকা ঐগা য়ুম লোয়না লৈরিবৈদা ঐনা শেঙ্গাও অহানবা শরুক, ইত ও অমা ওইবগী খুদোল তৌই। মহুদা ইতাও কাকলৈনা মতুং লাইরিক চথবদা খুদোং চানবা বারী অসি লিবীথিবনি।

শেঙ্গাও অয়োইবা শিবসিদি শেঙ্গাওগী মনাও ময়াংলম্বন গুলাপ-সিংগী মমৌ মচানিপা অহল য়ুগিনগী সুপী কবোকলৈ দেবীনা ঐনা হুংজরুবদা লিবীরকপা রারানি।

শেঙ্গাও যাত্রা সুপী মরিনি। সুপী মরিনা পোকপা মচানিপা তরুক্নি, ককচিং খুনৌ নিঙোম্বা পোকপা লৈরিজাও সুপী থিরমদনা শিখি। চাওনাও মচাসুপী লৈহাও পোকই। কমেং নিঙোম্বা পোকপা কোকচাও সুপী থিদনা কবোদা লৈখি। মীতোং মুক্রা যাত্রা শাম্বখি মচা পিবা গৌরচান্দ পোকই। জিলা মচা পিবা পোক্তে নিঙোল পোকই। গোপাল যাত্রা শাম্বখি। মচানিপা বীরহরি, মনি পোকই। গোপাল যাত্রাগী মচা বীরহরিনা রঘু পোকই। জীলা দরবার চংলবৈদা পোকই হায়হুনা জীলা কৌবা মচা অসিনা ধর্ম, মন্ত্র-যন্ত্র অয়াম্বা অপোকপদগী লৌহৌহুনা জীলা মচা সেবক পোকপা অথং অহৈ মাইবা অমা ওইখি।

শেঙ্গাওগী কাংলুপ ময়াংলম্বম অসি মুক্রা যাত্রা অয়াম্বা ওইখি। মনাওনিপা গুলাপসিং যাত্রা ওইখি। শেঙ্গাওগী মচা মীতোং, মচানিপা গোপাল, মনাওনিপা গুলাপশিংগী মচানিপা নাওলসিং, য়ুগিনগী মচানিপা কাঙ্গেরসিং, মনাওনিপা রাইমা, রাইমনা পোকপা

মচা ইবোমচা যাত্রা শান্নখি। অমুন্না শেক্সাওনা চীংতম অনিগী যাত্রা ওইখিবনা মাগী কাংলুপ সচিন-মনাওগী কাংলুপ অসিদা মুক্তাগী বিত্তাদি ফজনা পীন্নখী হায়বদি ককচিং লমদম্না ঙাংনরিবা য়ামরবা য়াকয়ি।

কোকচাই মেরা যাত্রাগা শেক্সাওগী মচানিপা মীতোং যাত্রাগা কোয়খিবা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ কোয়াখোংদা ঙা চাবা হায়বা অসি মীতোং যাত্রামা পোক্লম্বা গৌরচান্দ মাইবনা লিবীরম্বা য়ারীনি।

সনাতোম্বীনা বর সাহেম্বা ওংবগী য়ারী অসি শাজৌ নিংথৌগী মচানিপা ককচিং খুন্দা অয়াংকন্দ পুরেন ওইবীরম্বা নিংথৌ ময়ুম কক্লোই কৌবা মামা অহুনা য়ারী লিবীবদগী খংজবনি।

## তেংবাংবীরকপশিং ঃ

লাইরিক ফোঙবা মরুপ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নাওরেম গম্ভার | রুপা | ১০০/- |
| ২। | য়েংখোম পুর্নিমা | " | ১০০/- |
| ৩। | মোইরাংথেম লোকেন্দ্র | " | ১০০/- |
| ৪। | নিমাই পুখ্রম্ব | " | ১০০/- |
| ৫। | কেঃ সুর্যমনি শর্ম্মা | " | ১০০/- |
| ৬। | নাওরেম চন্দ্রমনি | " | ১০০/- |
| ৭। | য়েংখোম কেংবা | " | ১০০/- |
| ৮। | য়েংখোম বীহারি | " | ১০০/- |

মরুপ নওবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | পুখ্রম্বম সনাজাও (কোভর চে) | " | ১৫০/- |
| ২। | ক্ষেত্রিময়ুম গোবদ্ধন | " | ১০০/- |
| ৩। | মংলেম (ককচিং বাজার) | " | ৫০/- |
| ৪। | নোংমাইথেম লিলসিং | " | ১০০/- |
| ৫। | ময়াংলম্বম মেঘ সিংহ | " | ৫০/- |

কোভর অমদি অইবগী ফোটো ব্লোকপু মমল য়াওদনা অচিনবা মতম কয়া কাইথোক্লুনা। শাবীবগীদমক ক্ষেত্রিঃ ইবোয়াইমা সিংহ (ইবোয়াইমা আর্টস সেণ্টর, ককচিং) ইচা ইবুংঙো অমদি জেঃ কেঃ ফোটো ষ্টুদিওগী ইনাও ইবুংঙো জয়কুমারদা অচিনবা কয়া কাইথোক্লুনা খুদক্তা মমল য়াওবীদনা ফোটো নম্বীবগীদমক নিমকপু থাগৎচবগা লোয়ননা পুনশিসিমগী থাওজরোই। অসিনীবা



অইবগী ফোংলবা লাইরিকশিং :

১। ককচিংগী খরনং

২। শেক্লাও যাত্রা (অহানবা শরুক)

৩। শেক্লাও যাত্রা (অনিশুবা শরুক)

৪। শেক্লাও যাত্রা (অহুমশুবা শরুক)

ফোংদ্রিবা লাইরিকশিং :

১। মৈত্রবাকী মুক্তা

২। লরাই লোম্বীখোক চাইরেল থৈজংবুং

৩। চন্দ্রমুখী (শৈরেং)